চীংমী-তম্মীগী

# থৌদাং

( পৃথিবীগী অহানবা অমম্মুং ২শুবা লাঞ্জাওদা চীংমী-তম্মীশিংনা )
লৌখিবা থৌদাং।

অঙাংগী লাইরিক ইবা চাংদম্নবদা,

অহানবা মনা ফংলবা

( ১৯৮৬-৮৭ )

ইবা :—
মুতুব্রা তোম্বী

# ফোংদোকচবা -

খৃঃ ১৯৮৬-৮৭ ইংগী অভাংশিংগী লাইরিক ইবা চাংদম্নবদা হিজ্জোরবীগী কাংলুপ্তা ''চৌংথী-তম্মীগী থৌদাং কৌবা লাইরিক যচা অসিবু ডাইরেক্টর ওফ ইদুকেসন্ মণিপুরনা— অহানবা মনা পিখিবগা লোইননা, শেলগী মতেং থরম্মু— পিখিদুনা লাইরিক অসি ফোংদোকচবা ঙমহনখিবে। তুংগী মী-যোলগীদমক মমল য়াম্নবা থৌশিল অসি পাংথোকপিদুনা, অফবা লাইরিক কয়া থোক্লকুবা ইদুকেসন্ ডিপার্টমেন্টকী থৌরা বু অপেনবা ফোংদোকচরী।

অইবা—

মুতুবা তোম্বী।

ফংফম থোকপশিং অহবগীনি।

মমল লুপা ৫ -

চীংমী-তম্মীগী

# থৌদাং

কংথোকচবা

অপোকপী অপোকপই কা,
তমজরী খুদোল—'মা
হৈ-লৈগী মহুৎ শিন
চীংমী-তম্মীগী থৌদাং
পিরু-লাইরিক মচা—'মা।

পাংদ্রবা
নচা।

It is a great pleasure to give some comments on "Chingmi Tammigi Thoudang" written by Mutuwa Tombi. The book, though pretty small, covers in brief the role of Manipur in the World Wars and the National Movement of India. Quantitatively what Manipur, the jewel of India, did in the National Struggle for Freedom might be small but in the ultimate evaluation of nation's greatness what weighs most prominently is the height of mind and depth of soul and not necessarily glamourous achievements in the materials sphere. The heroic attempt made by this small book to bring home how Manipur had played part in the I. N. A. that led to salvation of mankind is certainly remarkable. Small books of good quality can carry the choicest wines to the lips of humanity, to rejoice their hearts, to exalt their vision, to stimulate and to strengthen their faith in the cause of National Integration. The book shows that Manipuris are not clay to be cast in foreign moulds, but a living group of men who with its own laws, ideas, and ideals, will strive for its goals. The letter written by Netaji Subhas Chandra Bose to Th. Angou Singh increases the quality of the book all the more. I earnestly do hope that it will be a rare asset not only to general readers but also to research scholars in the field of National movement and National struggle. Mutuwa Tombi, a prolific writter and a lover of National Movement, needs moral support from all and we believe he will produce much more useful works in future and enrich the stock of Manipuri literature and open the eyes of our youngsters as to how Manipur took part in the National freedom struggle of India.

*Sd/-*

( **Dr. N. Ibobi Singh** )
Singjamei Chinga Makhong,
Chongtham Leikai, Imphal.

# ব্রারোল খরদং

"চৌংমী-তম্মীগী থোদাং" হায়বা শ্রীমুতুম্বা তোম্বীগী লাইরিক অসি মকোক্তগী লোইব-কাও পাজরে। শ্রীমুতুম্বা হান্নসু তাইবং-পাউজেল, ইম্ফাল, ঈথাই পুনম-চীং, নিংথৌ থিবা অমসুং শরী ব্রাশক নচিংবা লাইরিক কয়া মীয়ামগী থুক্তা লাম্থোকপ্রবা অইবা অমনি। অইবা অসি ড্রামা রাইটর, এসে, হিস্তরিকেল অমদি কলচরেল হিস্তরিগা মরি লৈনবা হিরমদা মখল মখলগী মিৎয়েংদা থোঙদারিবা অমা-। ১৯৮২ গী সিভিল সার্ভিসেস ড্রামা কম্পিটিসন্দা ২ শুবা মনা ফংপ্রবা মহাক্কী ড্রামা ঈথাঈ পুনম-চীং শিংথাবা রাই। ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিভেলদা অইবগী লীলা কয়া পুথোকপ্রে লোয়নননা মনা কয়াসু ফংপ্রে। ১৯৮৫ গী ওল মণিপুর ফোক-ড্রামা কম্পি-টিসন্দা অইবা অসিগী লীলা "চিংঙ্গুগী নোংদম" না বেষ্ট প্লে, বেষ্ট রাইটরগী মনাসু লৌখি, হোৎনজমনগী নিংথিনা মায় পাকলকলিবা অইবনি। পিবচরবসু মাগী লাইরিক ইম্ফাল থোইদোক্লা কলচরেল হিস্তরী ওইবা মরম্না রিসার্চ তৌরিবা মীওইশিংগী— রেফরেন্স পীনবা লাইরিকনি। ১৮৯১ দগী ১৯৮৩ ফাওবগী চহি ৯২ চাউরাক্লা শতাব্দী অমগী মমুংদা থোকখিবা মরু ওইবা থৌদোকশিংবু তেস্তক তেস্তক্লা মীয়ামগী থুক্তা লাম্থোক্লবা হোৎনবসি অরাইবদি নত্তে। লাইরিক অসিদা তাঙ্কক-তাঙ্কক্কী থৌদোকশিং অসিনা মৈতৈ জাতিগী পুক্নিংদা নৌহোননা নিঙশিংবা হেক-হেক পোকহল্লি। মরু ওইবদি ১৯৪২ ইং মে তাং ১০ দা জাপানগী এরোপ্লেন্না বোম থাদখিবগী ব্রানখিবা, উহৌবা মীশিংগী মফমদদি ব্রাফমসি নিঙশিংবদা তু চুংনিংঙাইহৌম ওইরগনি লোয়নননা চৌংমী তম্মীগী অচেৎপা লিপুম্না থুৎ-শমহুনা ভারতকী নিংতম লানফমদা অকনবা থৌদাং য়াখিবহুনা ঙসিদি ভারতকী মমুংদা আই, এন, এগী থৌদাং লৌরুবশিংবু ফ্রিদম ফাই-টরগী অমুং চন্দুনা Gallantry Award পীখিবসিমক, চৌংমী-তম্মী অনিগী অচৌবা মায় পাকপা অমনি; য়াম্না ঙক্লিবদি নেতাজীগী তাঙলবা য়াইফ-পাউজেল অসিমক ফংনবা হোৎনবা অহুগা অতোপ্পা ফোটো ব্রোকশিংগী ফোটো ফংনবা হোৎনজবা অসিমক অচৌবা থৌদাং অমা ওইনা, হোৎনবগী মথা পোল্লি হায়বহু তশেংনা উৎলি। অসিগুম্বা লাইরিক : চা অসিবু পুথোক্লবা হোৎনরিবা মুতুম্বা তোম্বী,

থোইদোক্না মজাতিগী, মরমদমগী ওইবা থৌরমদা নহা ওইনা সাহিত্যগী খোঙথাংদা কল্লা চঙশিল্লকলিবা অমনি। অসিগুম্বা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অরুবা অৱাবা কয়াগী থেনখাঙ লাম্থোকুনা ওইরক্লিরা মওং অসি উবদা অইববু থাগত্তবা ঙমদে। তুংগী সাহিত্যগী ওইবা মচল কয়াদা অইবগী কলম্না সেবা তৌবা ঙম্বা পীনবিবা ঈশ্বরদা প্রাথনা তৌরি।

শ্রীওঃ ভোগেশ্বর
চিংঙামখা মাইবম লৈকাই।

# অইবগী ৱারোল

খৃঃ ১৯১৭ কী মতাংদা মণিপুরী চীংমী-তম্মীনা বৃটিশকী মথক্তা হৌখিবা লালহৌ। ১৯৩৮ মিষ্টর টি, এ, শারপনা মণিপুর ষ্টেটকী দরবার প্রেসিডেন্ট ওইরিঙৈ, ডিসেম্বর থাদা থোকখিবা নুপী লাল। ১৯৩৯, সেপ্টেম্বর থাদগী হৌখিবা পৃথিবীগী ২শুবা লান্তাও, লোয়নবা ১৯১৪ দা থোকখিবা পৃথিবীগী অহানবা লান্তাওগী মতমদা, মণিপুরী চীংমী-তম্মীনা করি খোদাং লৌখিবা? হিরম অসিদা খজিক্তং নৈনজরগা, জাতি অসিগী নৌরিবা নহারোল্দা লাম্থোক-চনিংরগী থাখল্দা লাইরিক মচা অসি ইজবনি, থোইদোক্না মতিক চাবদি নত্তে। মণিপুরী আই, এন, এ, শিংগী মিং লাইরিক মচা অসিদা শুনা চাপ্না ঙমখিদবগীদমকত্তু ঙাকপিগনি। মণিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীগী লোইশংনা তেংবাং পিবিত্নুনা "চীংমী-তম্মীগী খোদাং", লাইরিক মচা অসি কোংদোকপা ঙমহনবিবগীদমকত্তু থাগৎচরী।

অইবা—
মুতুম্না তোম্বী

## রিফরেন্স—

চাংগী-ভন্মীগী থৌদাং কৌবা লাইরিক মচা অসিগী শিরুবা শক্তম অমা শাগৎচবদা পাউতাক পিবিরকখিবা, লোয়ননা মতেং নিংথিনা ফংজখিবা—ইকাই খুম্নজরবা মীওইশিং—


১। শ্রীথোকচোম অঙৌ সিংহ, মশানা ইহুনা থম্বীরম্বা চেরোল; লোয়ননা বারী বাতাই।

২। শ্রীপোৎশংবম তোমাল সিংহ, বারী-বাতাই।

৩। শ্রীশারুংবম ইবোহল সিংহ, বারী-বাতাই অমসুং অরিবা রেকোর্ড।

৪। শ্রীথোকচোম অচৌ সিংহ, বারী-বাতাই।

৫। শ্রীথৌনাওজম ইবোয়াইমা, লমজিং-লমতাক ওইবিখি।

৬। শ্রীরাজকুমার মাইপাকসনা, রেকোর্ড অমসুং নেতাজীগী চিঠি।

৭। শ্রীও, জোগেশ্বর সিংহনা বেঙ্গোলী লোন্দা ইবা নেতাজীগী পাউজেন-চে অসিবু মৈতৈলোন্দা হন্দোকপিখি, লোয়ননা পাউতাক কয়াসু পিবিখি।

লাইরিকী মরি লৈনবা:—

১। Souvenir ( 1977 ) I.N.A. Martyrs—Memorial Committee, Moirang.

২। Shashi Bhushan, ( New Delhi ) Declaring India A Socialist Republic, (1983)

৩। Mr. Thoma, Hill Tribes of Manipur (1952)

৪। M. Julon Singh, History of Manipur (1947)

৫। এন, ইবোতোম্বী সিংহ, কংগ্রেস অমসুং মণিপুর ষ্টেট হুড ( ১৯৮০ )।

৬। চৈথারোল কুম্বাবা (মতম-মতমগী ফোংথিবা চেফোংশিং)

৭। শ্রীলুক্রাম চাওবা সিংহ, পুক্লিং থৌগৎপিবগা লোয়ননা থম্ন-নৈনবদা শরুক য়াবিখি।

৮। মণিপুর রিছার্চ সোসাইটি, ইম্ফাল ( ২৫ এপ্রিল ১৯৮৩ ) (মহেন্দ্র য়ুম্নাম, এল, অশোককুমার অসিনচিংবা অথং-অহৈশিংনা পুথোকখিবা চেরোল )

৯। কে, ডি, প্রেসকী মেনেজর শ্রীজয়কুমার সিংহনচিংবা মীওই কয়ানা বাবিখিবগীদমকসু ইকায়-খুম্নজরী।


অইবা।

# ঃাওফম

হিরম— লামায়—





# আগষ্ট তাং ১৩।

বৃটিশ ওফিসার খরগী কা হেনবা শাজত্তগী, আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ জে, দবলিউ কুইন্টন য়াওনা বৃটিশ ওফিসার মঙা মণিপুরদা হাংখি। মশাগী মরাল কয়া থংশিন্নদনা বৃটিশ সরকারনা মণিপুরগী মায়য়োক্তা অকনবা লান তাশিল্লকখি। লানকম অসি বৃটিশনা মায় পাকখি, ১৮৯১ ইং, আগষ্ট তাং ১৩, শগোলশেল্ল হুমিত্তা মণিপুরগী শক্লাইরবা, কোইরেং যুবরাজ, লোইননা মেজোর জেনেরেল থাঙ্গাল অনিমকপু — থৌরী য়ান্দুনা হাংখি।

মরাল শুকলৈ লৈত্রবা মণিপুরগী শক্লাইবা অনিবু নমযুদা বৃটিশ সরকারনা হাংখিবসি লম অসিগী মঁ.য়াম্লা থম্মোয় শোকখি। মমা লৈবাক্কী দমক্তা মথরাই কংগ্রবা মণিপুরী লানমীশিং, অথোবশিংগী মকমদা লমদম অসিগী মীওই পুম্নমক্লা আগষ্ট তাং ১৩, হুমিং অসিবু থম্মোয় শোক্লনা লৈ-শু কংলি।

মণিপুর সরকারনা মায়থিরবা মতুংদা য়াম্লা হৈ-শিংবা মওংদা শ্রীযুৎ চুরাচান্দ মহারাজবু মণিপুরগী নিংথৌ হাপখি। ১৮৯১ দগী ১৯৪১ ফাওবা য়াম্লা মতিক মঙাল লৈনা নিংথৌ অসিনা মণিপুরগী ৱায়েল থৌদাং পুখি।

## (১) ভংশম্বা ৱারোল

এপ্রিল তাং ২৫ অসি মণিপুর ইতিহাসতা মরুওইবা হুমিং অমনি হায়না শিংথারী। বৃটিশ অমসুং মণিপুরী লানমী অনিমক্লা লৈজবী থাদুনা, খোংজোমগী অরোইবা লানফমদা চায়নখি। অথম্নরবা মীওই কয়াগী পুন্সিসু অতুম্বক লোইশিনগ্রবনি, নোংদোম্বক্তা হাই-হুম্না পাইরম্বা নিংতম্বগী ফিরালসু হুমিং অসিদা লৈথা তাখি। অরোইবা লানফম অসিদা শিখিবা মণিপুরীগী মশিং অসি খোংজোমগী লানবন মতুংদা লানমী ৭৬। লানবনগী মপান্দা অশিবা লানমী ৫২ ফংই। হায়রিবসি লানবনগী অকোয়বদ্দা (নলা মতুংদা) করিদা তাদুনা লৈবা অশিবশিংগী মশিংদি থাখিদে। তোপ্পা পান্দুনা শিখিবসু মশিং থিখিদে, বৃটিশকী শগোল তোংবা লানমীনা হাংখিবা অতুসু মশিং থাখিদে। অতুমকপু বৃটিশকী শগোল তোংবা লানমীনা পিং প উদমদা, মণিপুরী লানমী ৫০ ফাওবদি হাংখি হায়না ইরম্মী। থুঙ্গংগী মীওইশিংনা কেন্ট, রুনদলদা হায়খিবদি হুমিং অতুদা মণিপুরী লানমী ৪০০ রোম লানফমদা শিখি হায়রী।

অশোকপা মণিপুরী লানমী অসি, লানবন মতুংদা অনি ফংখি। বৃটিশকী লানমী অশিবা অনি, অশোকপা তরাহুমদোই (১৩) নি, হায়রী। মেদিকেল রিপোর্টকী মতুং ইন্না মণিপুরী লানমী ২০০ নি, হায়না পাল্লি। মতুগী মতুংদা ১৭২ হাংখিবনি, অতুগা ৮ থক্তি চেনখ্রে হায়নম্ক ইরী।

## (২) খুরোল

ইংরেজ সম্রাজ্যগী লানমীদি মতাং অসিদা থবাইদগী হেন্না লান হৈ, খুংলাইসু কৈ। পৃথিবীগী মনিংতম্বা লৈবাক কয়াস্না ইংরেজশিংবু ইকায়খুম্নবা মতমনি। পৃথিবীগী শরুক মরি থোকপগী অমদি বৃটিশকী লোই লম ওইরবনি মণিপুরী লানমী খুজোক অমনা কল্লবা বৃটিশ লানমীবু লায়েংনরদি ওইথোক্কে। শোয়দনা মায়থিগনি থংনা, তঙাইফদনা জাতি অসিগী ইকায় খুম্নবা ডাক্লবগীদমক ইংরেজশিংবু মণিপুরী লানমীনা মায়য়োক থাখিবনি। খোংজোমগী লানফমদা বৃটিশকী বাংগোলগী মতুং ইন্না মীতৈ লানমী ১৯২ হাংখি। বৃটিশকী শগোল তোংবা লানমীনা হাংখিবা মণিপুরী লানমী অসি ৫০ ফাওবনি হায়রী।

বৃটিশকী লানমীনা অশিবা অনির্থকনি, অশোকপনা ১৩ থকনি হায়বা ইংরেজ লানমীগী রিপোর্ট অসি থাজনিংঙাই ওইদে, মরমদি পৃথিবীগী মীওইবা কাংলুপ্না ইকায়খুম্নবা বৃটিশকী লানমীশিংবু, মণিপুরী লানমীনা মশিং য়ায়া হাংখি হায়বসি, মথোয়না কোংদোকনিংঙমদবা য়াই। খৃঃ ১৮৫০, চন্দ্রকীত্তিনা নিংথৌ ওইবা মতমদা মীতৈগী লানমী (রাইফলমেন) ৫,০০০। নোংমৈ অচৌবা (তোপ) পায়রা লানমী ৪০০। শগোল লানমী ৪০০ লৈরে। অসিমক্তু নত্তনা কোংমাদা বৃটিশ সরকারগী কান্নবগীদমক, লম থরা মমল লৌদনা শিজিন্নহনখি। থৌদোক অসিগীদমক লোর্ড উইলিয়ম বেণ্টিঙ্কনা সার চন্দ্রকীত্তিদা নোংমৈ ১০০ গা, লুপা লাখ অমগা পীরকখি। অসিগুম্বা নোংমৈনচিংবা খুংলাই কয়া, মীতৈশিংনা বৃটিশকী মতেং নিংথিনা কংখ্রবনি। ইংরেজশিংগী খুদোংথিবা লানফম কয়াদা, মীতৈ নিংথৌশিংনা হৈ-শিংলবা মণিপুরী লানমী কয়া থাদুনা তেংবাংখি।

হৈ-শিংলবা ইংরেজগী লানমীশিংনা অফবা খুংলাই কয়াসু পায়। মণিপুরী লানমীনা পায়রিবা খুংলাইসু বৃটিশকী খুংলাইনা অমাম্বনি, খোংজোমগী লানফমদা খুংলাইশিং অসি অচুম্বক শিজিন্নখি। মৈতৈ শগোল তোংবা লানমীসু মতাং অসিদা থোইদোকপা মগুণ হৈবদি নত্তে, মৈতৈনা শগোন্দা হৈ-শিংবসি বৃটিশ সরকারমক্তু য়েক শেংনা খংখ্রবনি। লানফম অসিদা মণিপুরী লানমী ৪০০ রোম শিখি, ইংরেজ লানমীনা অমগী ২ থক্রা শি, অশোকপনা ১৩ থকনি, অসুম্বা বৃটিশকী শগোল তোংবা লানমীনা পীবা পাউদম অসি অচুম্বগী মায়কৈদা চুনবা থরদং বাংলা উই। অচুম-অরানবগী মিংয়েংদা পৃথিবীগী অথং অহৈ কয়ানা বৃটিশকী রিপোর্টশিং অসিবু পুক্নিং থৌগৎফম থোক্লোই।

পাওনা মেজোর, চোংথা মেজোর অমিনা খোংজোম তুরেল মপান্দা তেঙ্গোল শারে। বাংথৈ পোইলানা চিংজিন্দা তেঙ্গোল থরা পুদুনা লাক্লবা চংলি, মতাং অসিদা বৃটিশ তেঙ্গোলসু কুরুচিংদা লৌরে। অসুম্না পাউ লৌনবিঙৈদা খুল্লকা ইংরেজ লানমী থুপলমক্তুনা বাংথৈ পোইলানচিংবা

মণিপুরী লানমী ৩০ খুবা থুংনা কংনা য়াইরে। মীতৈগী শক্তাংনবা য়াম্লুং পোইবা, লানমী ২০ গা লোইননা লানকম অসিদা শিখি।

১৭ নি পানবা শগোলশেনগী অয়ুক অঙনবগী মায়কৈ অনিদগী লানমীশিংনা অরোইবী থাক্তুনা শোক্লখিবা লানকমনি। মতাং অদুদা পাওনা মেজোর, চোংথা মেজোর অনিমক্তা খোংবানগী তেন্জোল্লা তোপ পীরকউ, লানমীশিং তকশিনবিরকউ হায়না অহুম্লক হায়খিরবু পীরক্লখিদে। হুমিদাংবাইগী মতমদা শাফু কম্না লানথেংনরবসু, মীশিং অমসুং থুংলাই থাংপনা মীতৈ লানমীশিংবু ইংরেজগী শগোল তোংবা লানমীশিংনা কোইশিনখ্রে। হক্লথেংনবা লানকয়া থোইদোক্লা হৈনরবা মীতৈ লানমীশিংগা, লানজিং পুরেল পাওনা মেজোর, চোংথা মেজোর, পুম্নমক্তা নপা-মপা চোংশিনহুন্না অরোইবী থোংকমদা লান য়াম্লখি। ওলিনা পান্দুনা মণিপুরী লানমীসু য়াম্না শিরে, বৃটিশ লানমীগী অরৈবা মপাঙল কুদোক্তুনা তকশিনকপা নয়না মাংজিন থাবা মীতৈ তেন্জোল অয়াম্বনা শিখি। মতাং অসিমক্তদা মীতৈগী লানজিং পুরেল পাওনসু, অরোইবা য়াহিপ তানখি, চোংথা মেজোরনচিংবা মণিপুরী লানমী ১০০ রোম, অশোক-অপন য়াওনা মীওই থরগা হিংখি। ইংরেজগী মাংজিন থাবা লানমী কয়াসু তাক্তক তৌনা শিখি।

১৮ নি পানবা নিংথৌকাবা হুমিংকী অয়ুক পুং ৭ কী মতমদা, নোংচুপ (তোংজৈ মরিলগী) তেন্জোল মেজর মেকল্লয়েম্না লুচিংহুনা পোইরে মীত্রবাক্তা সনা কোম্নুং চংখি। মীতৈগী তোপ (নোংমৈ অচৌবা) ৯ থুদেক্তুনা গারোত্তা থমই। মীতৈ লুচিংবা পুম্নমক্কগী থুংলাই খোমগত্তুনা থুদেকই, সনা কোম্নুংগী মফম পুম্নমক্তা ইংরেজ লানমীনা শফি তৌই। কঙলাগী গুরং কুনজিল্লি, থাংজেং (লাইফমগী) হুং ফুকত্তোকই। সনা কোম্নুংগী চেকপন থুগায়বতা নত্তনা, উত্রা মাংদা লৈবা চেক্লা পাবা কংলা শাগী শকতমসু কাপথায়খি। পোইরে খুন্নাই অসিগী থৌদোক থাথোক্লা য়ুমফম ওইবা মীতৈগী চৈথারোল কুম্বাবা (লাইরিকপু) বামাচরন কৌবা (বেঙ্গোলি মচা) অমদা ইংগ্রাজি লোল্লা ইথোকহল্লি, মতাং অসিদা, তাওরিম্না হিদং, মরাং পণ্ডিত অথং-অহৈ অনিসু য়াওহনখি। মীতৈ নিংথৌগী শগোল, শামু, শন, ঈরোই, লন-থুম পুম্নমক খোমগত্তুনা, বৃটিশ অফিসারশিংনা সনা কৈথেলদা লিলাম তৌই, মরাং লম্বোন্নবা কাংবুনা য়াম্না লৈখি।

## পৃথিবীগী অহানবা লান্দাও
## (গ্রেট বার)

খৃঃ ১৯১৪ দা হৌজ্ঞনা বৃটিশকা জর্মনগী অর্কনবা লান শোক্লখি। মতাং অসিদা মণিপুরীশিংবু বৃটিশ সরকারগী মায়কৈদগী লাম-পান্থক্তা মী কম্না খোম্বা হোরে, মণিপুর ষ্টেটকী থরক তৌনা মীওইশিংবু লাওইকননা লানকম অসিদা

চৎকদবনি হায়না লাউথোকই। মতাং অসিদা মশানা লাল চৎনিংবা মণিপুর ষ্টেটকী কর্ম্মচারী (থবক তৌবা) মীওই থরদি চৎপদা লেপলে। বাবুসিং, হাওবম তোম্বী, অঙৌম্বা রাজকুমার, মাঘসিং মীওই মরিনা লুচিংজুনা লাল চৎলোই হায়বা কাংবুস্থু য়াম্না য়াওখি। বৃটিশ সরকারনা মীওই মরি অসিবু অকনবা চৈরাক পীখি, মণিপুরগী রাংমদা তাম্থোকখি। মতাং অসিদা নম্বোনগী য়াওজবগী মনাও মুপানা গুলামজাৎ সিংহ কৌবা মণিপুরী পাথং অমবু লাল চৎনবা ফাখি, মশানা চৎনিংদবা মী ফাবগীদমক গুলামজাং কৌবা পাখং অদুনা মাবু ফারিবা মী অদু হাংখি। মণিপুর মহারাজ অমস্তং বৃটিশ সরকারনা লাউথোকখি মশানা য়াদবা মী ফাগনু হায়না, গুলামজাংস্থু মী হাংপগী চৈরাক্তি ফংখি, ফাঁশিদি পীখিদে।

বৃটিশ সরকারনা লাউথোকখি, মণিপুরগী চীং-তমগী পাখংশিংনা মশানা য়ানা লাল চৎলবদি (ভলুন্টিয়ার ওইরবদি) মী অমদা লুপা ৫০ পীগনি, লানমী থিবদা মশানা য়াজুনা পুরকপা মী অদুগী অরামল লুপা ১০ মানা পীগনি অস্থুম্না খোইজাক থাবা হৌখি।

মণিপুরী পাখং কয়া, শেলগী ময়াইনা লাল চৎকে হায়না চোংথোক্ল-রকখি। ১৯১৭, এপ্রিল তাং ১ দগী মে তাং ৩০ ফাওবদা মণিপুরী চীং-তমগী পাখং লিশিং অনি থাজিনবা হৌখ্রে। বৃটিশ সরকারনা থবক শুনবা মী লিশিং মরিস্থু পাংডু হায়না মণিপুর মহারাজদা অমুকস্থু হায়রক্লে। মণিপুর মহারাজনা কুলি অদু কাংলুপ মরি থোক্লা থাই, কুলি ১২০০ গী লুচিংবাদ মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট, লেপ্টনেন্ট কর্নেল কোল সাহেবনা ওই। মথংদা মণিপুর ষ্টেটকী ইঞ্জিনিয়ার সাহেব, মিঃ জেফ্রিনা মাওগী মী ৫০০, লোইননা থোংজাই ৩০০ গী এসিষ্টেন্ট কামাণ্ডিং ওইদুনা চংলি। অসিগুম্বা কাংলুপ অসিবু ইণ্ডিয়ান লেভর কোং, নং ২২ শুবা "এ" সেক্সন হায়না কৌই।

খৃঃ ১৯১৭ কী মতাংদা চীংঙাখম য়াল্লাওবা কৌবা মণিপুরীগী মীওই অমনা, চীংগী লুচিংবশিংগা পুনশিন্নজুনা, বৃটিশ সরকারগী মায়য়োক্তা লাল হৌরকখি। মণিপুরী চীং-তমগী লুচিংবশিংনা বৃটিশ সরকারবু তাম্থোক্লবা অকনবা লাল্লং হৌরকখি অদুম ওইনমক খুংলাই রাংপনা মরম ওইদুনা লানক্কম অসিস্থু বৃটীশ সবকারনা নমথখি। লাল হৌবগী লুচিংবা য়াজাওব সিংহ, মোনবী নিংথৌ ঙুলখুপ, আইশেন নিংথৌ চেংরাপাও, য়ানপি নিংথৌ খোইতিনথং, অসিনচিংবা মীওই ১৮ লোম বৃটীশ সরকারনা ফাখি, মতম কক্কনা জেলদা থমখি।

## পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতাং

পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও হৌখিবগা লোইননা চেং-চাক য়াম্না তাঙখি। মতম অদুগী মণিপুর অরাবগী ডমথৈ লৈখিদে, কৈথেল্দা চেং ফংখিদ্রে।

লেল ক্ষৈরবম্ সু চেং ৱানবা ফংদবগী মরমদি লানগীদমক্তা মণিপুরগী মপান্দা অরৈবা চেং-মথৈ থাদোকখি। অসিগুম্বা মতাংদা মণিপুরী মুপী কয়ানা শিবা কিদনা চোংথোক্লরকখি, মণিপুর ষ্টেট দরবার হোল মুপীশিংতনা কোইশিনখি। চেং ফংদবগী অৱাবা কোকহনবিমু হায়না ষ্টেট দরবারগী প্রেসিডেণ্ট " মিঃ শারপ সাহেবতা হায়খি। মতাং অসিদা প্রেসিডেণ্টনা হায়রকখি, ষ্টেট দরবারনা তাখিবা ৱারেপকী মতুংইন্না চেং মন্দা লুপা অহুম য়েদবা অসিনা মরম ওইহনা মণিপুর মহারাজ নত্তনা ঐনা কবিসু তৌবা ঙমদে।

মিঃ শারপ সাহেবকী প্যাউখুমদগী হেন্না লৈবাক ইরাং হেনগৎ-লকখি। প্রেসিডেণ্ট সাহেবপু চেং থাদোকপা থিংবিমু হায়রুনা মণিপুরী মুপী ময়াম্না কারদগী চিংথখি। সাহেবনা মথং নোংঙানবদা অম্বাবা পাউখুম পীগে হায়না মুপীশিংবু খার্মজিনখি। মথং নোংঙানবদা মুপী ময়াম্না ক্ষৌ-চেং (চেংপাক্লচিংবা) পুরকপা গাড়ী পুম্নমক কাহুনা দরবার হোল মমাংদা পৈহুনা থমখি। মণিপুরগী মপান্দা চেং থাদোকপা থিংবিমু হায়না সাহেবকা লোইননা দরবার মেম্বর পুম্নমক মুপী ময়াম্না কোইশিন্দুনা থমখি।

দরবার মেম্বর পুম্নমক তুমিন-তুমিন্না চেন্নখি, প্রেসিডেণ্ট সাহেবতি চেনবা নংহৌদ্রে, মুপী ময়াম্না কাম্লে। মতাং অহুদা সাহেবনা হায়খি—নবদ্বীপপ্তা চংশ্লিবা মণিপুর মহারাজ নত্তনা ঐনা কবিসু তৌবা ঙমদে। মুপী ময়াম্না হনবা লৈতনা তকশিল্লকখি, হৌজিকমক শ্রীযুৎ মহারাজদা টেলিগ্রাম তৌ, পাউ থাবিমু হায়না, মিঃ শারপ সাহেবপু দাকঘরলোমদা মুপী ময়াম্না কোইশিন্দুনা পুশিনখি। মতাং অহুমক্তদা সিফাই ময়াম চেম্থোক্লক্তুনা মুপী ময়ামবু তানথায়নবা থৌরাংখি।

সিফাইগী শক্তিন্না মণিপুরী মুপী কয়াদা শোকহনখি, বৃটীশ লানমী-শিংনা মীমুংশি থংদবা শাক্তৎ-চংখি। মুপী কয়াগী ঈনা মতমহুগী পোস্ত ওফিসকী লৈমায়দা অঙাংবা মচু শংখি। লৈবাক্কী অৱাবা থোদোক খুদিংমক থায়দেম নোংম্নাই কৌবা মীওই অমনা শ্রীযুৎ মহাবাজদা টেলিগ্রাম তৌখি। যুৎ মহারাজনা নবদ্বীপপ্তগী পাউতাক পীবিরকখি, ঈমা-ইন্দোন কয়াগী নিংবা কায়হনগনু হায়না। মসিগী চৈবক অসিদা, মচা কয়ানা চরা হেল্লক্লবদা শাওবনা লুতোন কারবী মুপী কয়ানা, চেং তক্লবা ইঞ্জিন কযা থুগায়ৱা হৌরকখি। করবারৱালাশিংনা পুথংলকপা চেং গাড়ী কয়া, অতৈ পোংলম কয়াগা লোইননা মুপীশিংনা ফাখি, মণিপুরী কোম্নংদা পুথংলকখি। কৈথেল কাহনখিদে বৃটীশনা সিফাই থাজিন্দুনা ঙাকহল্লি, মুপী ময়াম্না হেক্তিল্লক্তুনা হেন্না ঈমু-নাইমু তানখি।

মতাং অসিদা মণিপুরী মহা সভা কৌবা, মীয়ামগী অপুনবা কাংলুপ অমা লৈ, দল অসিনা মীযামগীদমক করিসু শোগংলকত্রবদা ·।। নিংবা

কায়নখি। মতাং অসিদা থোকচোম অঙৌ সিংহনা মীয়াম থোমতুনা মীতিন কম্না তৌখি। অৱাবা থৌদোক কয়াগী মতাংদা কুপ্না থন্নৈনখি। হিজম ইরাবোংসিং ( মীয়াম্না নেতা ইরাবোং হায়না খংনবা ) মীওই অসি মণিপুরগী মপান্দা লৈপ্নি, অহানবদা মীয়ামগী ঈহৌ অসি থোংনখিদে।

১৯৩৯ ইং, ডিশেম্বর তাং ১২, নুপী লালগী মরম কয়া ইরাবোংনা হল্লক্লগা কুপ্না থম্নখি। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহা সভা কৌবা দল অসি নত্তবা অতোপ্পা দল অমা শেমগত্তুনা মণিপুরী মীয়ামগী সেবা তৌগনি হায়না, হিজম ইরাবোংনা লুচিংতুনা অচেৎপা ৱাশক লৌনখি। পম্বা তৌদনা মণিপুরী প্রজা সম্মিলনী কৌবা দল অমা শেমগংখি। দল অদুগী সভাপতিদি ইরাবোংনা ওইখি, এলাংবম তোমপোক্না সেক্রেটরী, থোকচোম অঙৌ, পোংশংবম তোমাল, অসিনচিংবা মীওই কয়ানা মীয়ামগী মহুং শিন্দুনা সরকারদা লাউখি, চেং খুজোক অমগীদমক ঈ খুজোক ওইনা পীরক্নে অসিনচিংবা। সেপতেম্বর তাং ২১ গী পুংদোংবমদা থোকখিবা থৌদোক চীংডা নৌফম ( চীংডা সেসন ) এম, ডি, ইউদা ফমখিবা মীফম, অসিনচিংবা চাওরবা থৌদোক কয়া ঙসি ফাওবদা মণিপুরী মীয়াম্না নিংশিংনরী।

মণিপুর প্রজা সম্মিলনী কৌবা দল অসিবু মীয়াম্না শোগংপা উবদা দলগী লুচিংবা ইরাবোং সিংহ, বৃটীশ সরকারনা ফাজিনখি। তোঙ্গৌ, থোংনাংনচিংবী নুপা লুচিংবী কয়াসু ফাজিনখি, চহি অহুম জেলদা থমখি। দলগী লুচিংবা ফাপ্পবদা থোকচোম অঙৌনা মণিপুর প্রজা সম্মিলনীগী মপাঙ্গল হঙ্গদনবা কন্না হোৎনখি। ইরাবোংনচিংবা ফাপ্পিবা মীওই খুদিংমক থাদোকউ হায়না অকনবা শাফুনা সরকারদা তকশিনখি।

পুলিস বজার হায়না খংনবা হৌজিক এম, এস, তিনা কোনবা লম অসি পাল্লবা লমহাং ওইনা লৈরম্মী। মফম অসিমক্তদা প্রজা সম্মিলনীনা শিন্দুনা মীয়ামগী অচৌবা মীতিন অমা ফমখি। মীতিন অদুদা মীওই কয়ানা ৱা ঙাংখি, মশাগী চহি ১৬ তা ঙাইবিবা ছাত্র, লাইশ্রম কুলবিধু কৌবা অমনা মীতিন অদুদা ৱা ঙাংখি। অঙাং ওইরিবা ছাত্র অদুনা য়াম্না নিংথিজনা পনখি, শা-ঙাওম অচৌবনা মচা ফাদুনা চাবা, কররবার-ৱালাশিংনা চিঙ্গাক্না মিত্রং শাম্নখিবা কয়া নিংশিংবা য়াই।

মতম অদুগী মণিপুর ষ্টেট দরবারগী ৱারেপকী মতুং ইন্না চেং মন্দা লুপা ৩ য়ৌত্রবদি মণিপুরগী মপান্দা চেং থাদোকখিবা য়াই অসিনি। অসিগুম্বা ৱারেপ লৈতুনসু সেনজাও পায়বশিংনা য়াম্না হৈ-শিংনা মিত্রং শাম্নখি। চেং মন্দা লুপা ৩ দি শুকয়ৌ য়ৌহনখিদে, মন অমদা শুপ্পগী লুপা ২·৭৫ পৈশা পীতুনা, অরৈবা চেং মথৌ তক্কুনা থোমখি। অথিংবা লৈতনা মণিপুরগী মপান্দা চেং থাদোকখি, লাইরবা প্রজা কয়ানা হুমিৎ ওয়ানিয়োম চেং ফংখিদে। ময়াল লৈত্রবা মীওই কয়া জেলদা থমজিনবা,

মণিপুরী হুপীশিংবু মীনুংশি লৈতবা মওংদা বৃটীশ লানমীশিংনা শক্তিন্না থিনবা, থোংউপ-বুংনা কাওবা। লাইন্ন-অনং কয়ানা চন্না হেল্ল কাওবদা ফম্নাইবা কয়ানা তাশিন উশিন্নদবা, অসিনচিংবা ন্নাকম কয়ানা মীতিন অতুদা লাউনখি। মীতিন অসি তানখায়নবগীদমক পুলিস কম্না লাকখি, তানখায়বা ঙমদে, মীয়াম্না হেক্সিল্লকনা পুলিসশিংনা নোংমৈ ন্নাউন কয়ামুক কাপখি (ব্লেং কয়ার তৌখি)।

মথং হুখিং তন্নানিন্নোমগী তুংদা এলাংবম তোমপোক, থোকচোম অঙৌ, পোংশংবম তোমান্নচিংবা মীওই কয়ানা লমফেল পাত্তা অচৌবা মীতিন অমা তৌই। মীতিন অতুগী ন্নারেপকী মতুং ইন্না মী লিশিং মঙাৰোম্না মণিপুর কোন্নুংলোমদা লাকখি। এলাংবম তোমপোক, থোকচোম অঙৌনচিংবা মীওই কম্না ফাখি, মতম অসি মণিপুন্নগী য়াম্না লৈতাদবা চন্নাংনবা তাঙ্গা অমনি। মণিপুর প্রজা সম্মিলনীগী 'কাংলুপ্তা লোংজম বিজয় সিং দলগী সেক্রেটরী, থোকচোম অঙৌ সিংহবু লুচিংবা থনখি। অনৌবা কাংলুপ অসিনা মণিপুন্নগী মফম কয়াদা সেবা দল কম্না শেমগংখি।

## মণিপুরদা বোম তাবা

শ্রীযুং চুরাচান্দ মহারাজ ১৯৪১ ইং, ন্নিয়াঙ্গৈ থাদা নোঙ্গাখি। মচা ইবুংঙো অহল শ্রীযুং বুধচন্দ্রনা মণিপুন্নগী নিংথৌ ওইরে, মতাং অসিমক পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওগী কল্লবা শাফুনা মণিপুরদা য়াম্না ন্নাখি। খৃঃ ১৯৪২, মে তাং ১০ দা ইমফালদা বোম কয়ারক হন্না তাখি, ১৯৪৩ ইং, তপ্রিল তাং ২০ দা জাপানগী এরোপ্লেন্না ইমফালদা অঙকপা কংনা বোম হৈখখি, খুরাই লমলোংদা লৈবা চিঙ্গাংবম মাগুপ্তা মীয়ামগী উসোব অমা তৌই। মফম অতুমক্তদা বোম তাদুনা হুপী অঙাং য়াওনা মীওই কয়া শিখি। কল্লবা লাঙ্গাওগী চৈথেংনা ইমফাল সহর অসি কাং-থোং চাইখি, মীওই কয়া লান চেন্নখি। লম্মী লমখাংদা লুট তৌই, লাঞ্জেনবা মীওইশিংদগী মপোৎ মুনবিখি। চাফম-থকফম খংদবদগী মখল কয়াগী লায়নানা মণিপুরী মীওই চা কয়াগী পুন্সি মাংখি।

১৯৪২—৪৩ ফাওবগী মতাং অসি মণিপুরী মীওই খুদিংমক শিবা-চংবা মফম খংদে, অহিং-হুংখিল নাইদনা মরক-মরক্তা বোম তাই। বর্ম্মদগী লাঞ্জেনবা মীওই কয়ানা মণিপুন্নোমদা চেনথোক্লবকখি। মী লিশিং কয়াগী পুন্সিসু চাংনুং-মানুংদা অতুমক মথৱাই মাংখি। কায়নবগী মীকপথোক্তনা মায়কৈ খুদিং নিলখি, মীওইবগী পুন্সি করিস্থ মমল লৈতবগুম তৌখি।

পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাও নিংশিংলুবদা লান নংলক্লবা মীওই কয়াদি তুজুংবা পোক্লকনি। চাংগী লোকহুং কয়াদা মথৱাই য়াওব্রবা, অশিবা মীওইতনা থনখি। তুমুদগী পলেন ভাবা লম্মী, ওকগুদগী হৈরোক তাবা

লবী, অনিসিনা থবাইদগী মী য়াম্না চেখোক্লরকই, মীশি-মীনাম্ হেল্লি। খুমবুথোংগী মনিং, মোইরাংথোম কৈথেলগী মমাংথংবা ভুয়েল খোংবাল অসিমক বৃটিশ লানমী, অশিবশিংগী পোৎলোইকম (মৈ থাকম) ওইরম্বনি। অহিং মুংখিল নাইদনা অশিবা লানমী পুরকখি, অশিবা হকচাংতনা ময়োল ময়োল পৈখত্তুনা মৈজাও থাখি।

## চৗং-তমগী থৌদাং

পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী চরাংনবা মতাং অসিমক্তদা নেতাজী (সুভাস) মশামকী সহি য়াওবা চে অমা মণিপুরদা থুংলখি। ১৯৪৪ ইং মার্চ তাং ১১, বর্মা অমস্তুং মণিপুর লোম্নবদা লৈবা মোলাইক আই, এন, এ, ষ্টেসনদগী নেতাজীগী চে অসি য়ৌরকপনি। শুগনুগী নোংপোক, খোংজাই খুন্দগী লুপ্পাওম কোবা খোংজাই অমনা নেতাজীগী সহি য়াওবা চে অসি পুরকপনি। মণিপুরদা লৈবা রাজনিতিগী মীওই কংগ্রেসকী লুচিংবশিংদা চে অসিমক পিনবা শিন্নরকপনি। মতাং অসিমক্তি মণিপুরদা কংগ্রেস দল লৈবগী থাকম থেংনদে।

শুগনু ডিসপেনসরীগী মেডিকেল ওফিসার নিংথৌজম গুলাপচাও সিংহগী মতেংনা, খোকচোম অঙৌ সিংহ, প্রজা সম্মিলনীগী প্রেসিডেণ্টকী খুত্তা চে অদু য়ৌরকখি। চেয়োল অসিগী থম-নৈনবা মতাংদা ১। খোকচোম অঙৌ সিংহ, ২। তেনশুবম লমফেল, ৩। লোংজম বিজয়, ৪। লাইশ্রম কানহাই, ৫। পোৎশংবম তোমাল, ৬। লুপ্পাওম কুকি, হায়রিবা মীওইশিং অসিনা নেতাজীনা পীরকপা চে অদুগী মতাংদা কুপ্না থম্নখি। মতম অসিমক মণিপুরগী মফম পুম্নমক্তা বৃটিশ লানমীনা থনপ্লবনি, মখোয়গী অয়োনবা পাণ্ডৌবা মীওইতনা মায়কৈ খুদিংমক চাইথোক্তুনা লৈপ্লবনি। পাম্বৈ লৈত্তবনা অঙোনচিংবা মীওইশিংনা ঈশিংপা, ডা কাবা মীওই শাদুনা উচেক্কোনগী মমাং-পাং, লাইরেলপাংকী পাংমাইদা নেতাজীগী চেয়োল অদু পাদুনা শুং কয়া বা তাম্নখি।

মরুওইবা থাকমদি ভারত মচা পুম্নমক আই, এন, এ, লানমীনা নিংতম্বা ভারত ওইনবগীদমক (স্বাধীন্তাগীদমক) বৃটিশ সরকারগী মথক্তা অকনবা লাঞ্জং হোয়ে। আই, এন, এ লানমীনা ভারতকী লমথৈ (সিমানা) লানশিল্লকপদা ময়েবাক মুংশিবা ভারত মচা পুম্নমক্তা মতেং পীবিয়ু, আই, এন, এগী মীচংদা লান য়াওবিয়ু, অসিনি।

আই, এন, এগী লান য়াওনবগীদমক হায়থ্রিবা মীওই খুদিংমক অচেৎপা থাশক লৌনখি।

মোলাইক ষ্টেসন্দা লৈবা আই, এন, এ, তেজোন্দা অমস্তুং নেতাজীগী শুং মক্তদা য়োম্নবগীদমক কাংলুপকী লুচিংবা, খোকচোম অঙৌনা চিঠি অমা

ইখি। চীংমী তম্মী, মণিপুরী মীওই খরা আই, এন, এ, দা য়াওজগনি, নিংতম্বা ভারতকী লালফমদা অঙম্বা মতেং পিজগনি, অসিনচিংবা অচেৎপা রাশক্তা লোইননা ইথিবা চেরোম্লি। চিঠি অসি লুপ্লাওম কুকি, মহাক্কী লোইনবী মুপী হোয়াকিমগা লোইননা, আই, এন, এ, কেমপতা পিরুনবগীদমক পুথি। লুংহাম কুকি, লুগনুগী নোংপোক্তা লৈবা খোংজাঙ্গ খুন্দগীনি, মহাক মশামক আজাদ হিন্দ ফৌজগী অবোনবা প উ লৌবা (স্পাই) নি। আজাদ হিন্দ ফৌজনা মণিপুরগী মায়কৈ কয়াদ তকশিনবপগা লোইননা, মোইরাংগী লম অসিদি তশেংনা আই, এন, এ, না খংুম চংখ্রবনি। আজাদ হিন্দ ফৌজ লিংখৎখিবগী মতাং অসি নৌহৌনবা নিংশিংবদা মতিক চাবা থৌদোক অমনি।

## আজাদ হিন্দ ফৌজ

সুভাষনা কলিকতা থাদোক্কুনা, জর্ম্মন ফাওজুনা জাপান য়ৌখি। মহাক্না জাপান য়ৌবগা ভারতবষগী মনিং-মখা তম্লবা পাম্বৈ কয়া থবক্তা উৎলকখি। জাপান্দা ভারত মচা কয়া বন্দি ওইজুনা লৈরম্মী। জাপান সরকারগা য়ানজুনা বন্দি তাজুনা লৈরম্বা ভারতকী লান্মীশিংসু, নেতাজীগী মখুত্তা শিন্নখি। মালয়, শিঙ্গাপুর-নচিংমা মফম অয়াম্বদা লৈবা হিন্দু মুসলমান লিশিং লিশিংনা আজাদ হিন্দ ফৌজদা মিং চন্নখি। ভারত মচাশিং অদু খোমজিন্দুনা আজাদ হিন্দ ফৌজ শেমগৎলমই, সুভাষনা আই, এন, এ, গী সেনাপতিসু ওইরম্মী। আজাদ হিন্দ ফৌজ (আই, এন, এ,) হায়বা লান্মীগী ফৌজ অসি জর্ম্মনি অমসুং জাপান সবকারনা য়াবা শিঙ্গাপুরদা গবর্ণমেণ্ট ওফ ইণ্ডিয়া লিংখৎখি। আজাদ হিন্দ ফৌজগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যদি ভারতপু মীথাপোনবা তোকহনবা, জাপানগী মখা পোন্দুনা লৈবা ভারত মচাশিংবু কনবা অসিনি। ভারতকী নিংতম্বগী লালহৌ কয়া অমসু লৈরে, খৃঃ ১৮৫৮ গী সিপাই লালহৌনচিংবা। ভারতকীদমক্তা অরা অনা নংখ্রবা শহীদশিং দামোদর চাকেকর, দেশপান্দে, শচীন্দ্র সান্যাল, বটুকেশ্বর দত্ত, খুদিরাম, বসু রাসবিহারী বসু অসিনচিংবা ভারতকীদমক্তা মথরাই কৎখ্রবা শহীদ কয়া লৈখ্রে। নেতাজীনা আজাদ হিন্দ ফৌজ শেমগৎখিবদি মতাংদা রাসবিহারী বসুগী মতেংনা থোইদোক্না কান্নখি।

খৃঃ ১৯৪৩, ওক্তোবর তাং ২১ দা ভারত জাতীগী সরকার অমা সুভাষনা শেমগৎখিবা অসি, মীওই ২,২৩,০০০ না য়ান্দুনা অচেৎপা রাশকা লোইননা শেমখিবনি। আজাদ হিন্দ ফৌজনা মপা লৈত্রবা থৌনাগা লোয়ননা, ভারতকী চিদাই মণিপুর ফাওবা তকশিল্লকখি। ১৯৪৪, মে তাং ২ দগী আই, এন, এ, গী অকনবা শাফুনা কোহিমা, ডিমাপুরগী লম্বী থিংখি। অরাং শেকমাই, মপাও, পুখাও, লমলাই, শওমবুং, নোংপোক শেকমাই, অসিনচিংবা মায়কৈ কয়াদগী আই, এন, এ, লাম্মীশিংনা তকশিল্লকখি। এপ্রিল ২৫ গী মতাং অসি নিংশিংবা য়াই, কংলা তোংবীদা নত্তনা, ইম্ফালগী মফম, লমফেল-শিনাম চীংজিন ফাওবা আই, এন, এ, অমসুং জাপান্না য়ৌশিল্লকখি। মণিপুর পুম্নমক অসি আই, এন, এ, গী মখূৎ চনখিবা য়াবগী চপ চাবা থাজবা— লৈনখি। ১৯৪৪, মে, জুন, জুলাই থা অহুম অসি বৃটিশ অমসুং আই, এন, এ, তেঙ্গোনগী অকনবা লানফম ওইখি, কংলৈপাক (মণিপুর) কাং-খোং চাইখি। অরাং শেকমাই অমসুং কংলাতোংবীগী লানফম থোইদোক্লা কনখি, নোংমগী মুমিদাং য়াচংবা মতমদা, আই, এন, এ, অমসুং জাপান লাম্মী খরগা বৃটিশ লাম্মীশিংগা হকথেংননা খুৎথোক্লখি। নোংমৈ কাপ্লবা নংনখিদে, থাং শঙ্গিন্না থিন্দৎনখি, য়াম্নখি। জাপান ওফিসারশিংনা থাং অশাংবা অমমম য়াল্লিবসি চুম্নগী লৈতেং নত্তে, মখোয়সু মৈতৈ ঈপা-ঈপুগুম হাকথেংনবা লানফমদা য়াম্না হৈ-শিংবগী খুদম ফংই।

## মোইরাংগী লানফম

মোইরাংগী লম অসিদি আই, এন, এ, না তশেংনা খুতুম চনথ্রবনি। অসিগুম্বা মতাংদা মণিপুরী মীওই কয়ানা আই, এন, এ, দা লান য়াওখি, অঙম্বা মতেং পিনখি। মোইরাংগী আই, এন, এ, ইন্টেলিজেন্ট ডিপার্টমেন্টকী মখাদা, মণিপুর মচাতগী ওইবা অরোনবা পার্ট খোম্বগী লোইশং অমা য়াম্না মওং তানা হাংখি। ডিপার্টমেন্ট অহুগী ওফিসারশিংদি কর্ণেল এস, এ মালিক। হিকারী কিকানগী জাপান্নীজ ওফিসার ইতো, অন্দো। আই, এন, এ, ওফিসার

ডাঃ চক্রবর্তি, জসরাজ, হরিসিংহ, দিবচান্দনচিংবনি। আই, এন, এ, হেড ক্বাটরগী মখাদা ইন্টেলিজেন্টকী থবক পুথিবা মীওইশিংদি :—

১। শ্রীথোকচোম অঙৌসিং, লোইশং অতুগী মকোক ওইনা অকনবা থৌদাং লৌখি। ২। পোৎশংবম—তোমাল সিংহনা পলেন মায়কৈগী ওইনা য়েক্লবা বৃটিশকী পাউ লৌই। ৩। লাইশ্রম কান্হাই সিংহ, শিংহাৎ মায়কৈগী ওইনা অয়োনবা পাউ লৌই। ৪। শাকুংবম ইবোহল সিংহনা ইম্ফাল মায়কৈগী লোইননা মোইরাং খুন্নৌগীসু অকনবা থৌদাং লৌই। ৫। লোংজম বিজয় সিংহনা ওল কাছার রোড। ৬! মোইরাংথেম যাত্রা সিংহনা নম্বোল, বিষ্ণুপুর। ৭। ইরোম তোম্বী সিংহনা শুগনু মায়কৈগী ওইনা। ৮। মুতুম অমুবা সিংহ মহাক্কী লোইনবী লক্ষ্মী দেবী। ১০। জ্ঞানেশ্বর সিংহ, মহাক্কী লোইনবী কন্যা দেবী। ১২। কিয়াম গোপাল সিংহ। ১৩। মাইরেম্বম কোইরেং সিংহ। ১৪। হেমাম নিলমনি সিংহ। ১৫। স্নাবা সিংহ, অসিনচিংবা মীওই কয়ানা আই, এন, এ, দা মতেং নিংথিনা পিখি, য়াংখি।

১৯৪৪, জুন, থাগী অনিশুবা চয়োন্দা মোইরাংদা লৈবা আই, এন, এ, গী অচৌবা তেঙ্গোল অতুবু বৃটিশ, আমেরিকা লান্মীনা কয়ারক হন্না থুগায়নবা হোৎনখি। হন্না-হন্না হোৎনরবসু মায়-পাকপদি থক ওমেখিদ্রি অতুবু হনবা লৈতনা বৃটিশ, আমেরিকানা অকনবা লাঞ্জং অমা চৎথরকখি। লৈথক-লৈখা অনিমক্তা অকনবা শাফু পিরকপনি, বৃটিশকী এরোপ্লেন কয়ানা মোইরাংগী আই, এন, এ, গী অচৌবা তেঙ্গোল তমশিল্লকপ-মতাং মক্তদা আই, এন, এ, গী কাইটার প্লেন কয়াসু পাইরকখি. লোক্তাক পাৎকী নোংথক্তা প্লেন ঙাক্তগী অঙকপা লানওং অমা ওইখি। মায়গৈ অনিমক্কী প্লেন কয়া কায়তুনা লোক্তাক্তা তাশিনখি, অসিগুম্বা এরোপ্লেনগী, লানগী কুমহৈ অসি অগুক্কী মতিক য়েংবদা লুংঙাই, থৌদোক কয়া অতুবু উহৌবা অহলশিংনা পাউদমলি, লৈথাগী লানফমসু অরায়বদি নত্তে। মশিং থিঙমদ্রবা বৃটিশ, আমেরিকাগী খোংমী লান্মী কয়াসু মতম অমত্তদা আই, এন, এ. হেড কাটর তমশিল্লকখিবনি।

লৈথক লৈখা খোন্না চংলকপা অকনবা লাঞ্জং অসিদা. বৃটিশনা মোইরাং ফাওবা তকশিলখি। বোম, তোপ, অকনবা নোংমৈগী শাফুনা মোইরাংগী লমদম উ, বা হৌদবা মরুভুমিগুম পুমত্তাক তাকখি। লানফম অসিদা মোইরাংগী য়ুম লিশিং ৫ রোম লৈবগী মমুংদা শুপ্পগী য়ুম ১০ রোমতমক লেমহৌই, অতৈদি তুম্না মাংতাকখি। জাপান্নীজ ওফিসার ইতোছান্নচিংবা আই, এন, এ, লাম্মী কয়াস্থু পুন্সি মাংখি। মথং মুমিৎ নিনিগী নুংদাংদা আই, এন, এ, না অমুক হন্না বৃটিশ, আমেরিকাবু মোইরাংদগী তবথোকখি। বৃটিশকী লাম্মী, শগোল, উৎনচিংবা অশিবা নশাতনা মরোল মরোল পৈখি, মোইরাংদগী নিংথৌখোং ফাওবা লমহাং লমজাওগুম উ, বা হৌখিদে। কল্লবা লানফম ওইতুনস্থু—হিকারী কিকানগী. লোইননা আই, এন, এ, গী লমজিং মখাদা মণিপুর মচাতগী ওইবা অরোনবা পাউ খোম্বগী লোইশং অতু অতুম্মক চংথখি। মণিপুরী মীওই কয়ানা আজাদ হিন্দ ফৌজদা চংবগী অহানবমক্তদা য়াম্না মতেং ফংখিবা, শিংথানিংঙাই ওইবা রাফমদি, নাকি চৌধুরীগী মিং পনবদা মণিক চায়। শ্রীনাকি চৌধুরী, মতম অমদা দরবার মেম্বর ওইরম্বা আলি উলাগী মনাওনি, মহাক মসামক বৃটিশকী মখাদা থবক তৌবা মীওইনি। ভারতকী নিংতম লানফমদা লান য়াওনবগীদমক বৃটিশকী থবক থাদোকখি, আই, এন, এ, দা য়াওখি।

## লোকপা চীংগী লানফম

পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওগী মতমদা লোকপা চীংবু "রেডহিল" হায়না খংনখিবগী রাফমস্থু পল্লি। কংলৈরোলগী রাফমদা খরদং নিংশিংবদা মতিক চাবা লমদমনি. থোংলেনগী খোইদাজবী মুপী হাওমু কজেং ভোম্বীবু, য়াইস্কুল লাল্লোই তোম্বনা হাংখি। মগাকী মুপী হাৎলম্বগীদমক থোংলেন্না লাল্লোই তরেৎপু কোইথি থিখি। মুমিদাংগী মতমদা থোংলেন্না লাল্লোই তরেৎপু থেংনখি, ময়াম্বা লাল্লোই তরুকপু হাংখি। লাল্লোই তোম্বদি নাম্বোক্তুনা চেনখি, পুরেম্বগী মফমদা চঙজখি, মথরাই কনবিখি। লাল্লোই তোম্বনা চাওবা নোংখোল ওইখি, মোইরাং লৈবাক্তা হিক্ল-হাইনা পানখি।

লমদমসিগী ম্বারীনা য়ুমফম ওইবা, লাল্লোই তরেৎনা লোৎলম্মী হায়বগীদমক মফম অতুবু "লোৎপা চাং" হায়না শৈথারী।

পৃথিবীগী ২শুবা লাঙ্গাওগী মতমদসু আই. এন, এ অমসুং বৃটিশকী অকনবা লানফম অমা লোকপা-চীংদা ওইখি. মতুগীদমক লোকপা চীংবু রেড হিল হায়না অনৌবা মিংথোল অমসু থংনখি। আই, এন, এ লাম্মীনা ইরেংবম মনিংগী চীংজাও লালশিল্লক্লুনা হৈনৌপোকলোমদা চংশিনখি, লোকপা-চীংথক্তা কাখি। মতাং অসিদা লমাংদোংদা লৈবা বৃটিশকী অচৌবা তেঙ্গোলবু আই, এন, এ লাম্মীশিংনা লাইনা থুগাইখি। ১৯৪৪, মে তাং ৩১ দগী হৌদুনা লোকপা চীংগী লানফম অসি নুমিৎ মঙানিরোম অহিং-নুংথিল নাইদনা কাপ্নখি। বৃটিশকী অথন্নবা লাম্মী, টেঙ্কনচিংবা মশিং থিঙমদ্রবা লাম্মী কয়ানা লোকপা চীংবু কোইশিনখি, আই, এন, এ অমসুং জাপানশিংবু মফম অতুদগী তকথোকখিনবা কন্না হোৎনখি। বোম, তোপ, মপাঙ্গল লৈবা নোংমৈগী মথোন্তনা বর্জ্জ তাবগুম নিলখি, নোংমৈনচিংবা পোকথায়বগী মৈঙান্তনা নোংথাং কুপ্পগুম মিং থকখি। লানফম অসিসু ময়াই ওইনা কল্লি হায়না শিংথানৈ, বৃটিশকী টেঙ্কনা লোকপা চীংবু কোইশিল্লি, নোংথক্তগীসু এরোপ্লেন্না বোম কয়া থাদখি। লোকপা-চীংগী লানফমদা বৃটিশ, আমেরিকাগী লাম্মী য়াম্না শিখি, আই, এন, এ অমসুং জাপানগী লাম্মীদি শুপ্নগী ১০০ রোম শুরমদবা য়াই হায়না থাজনৈ। লানফমসি নুমিৎ মঙানিরোম কাপ্নরবগী তুংদা বৃটিশনা মায়পাকখি।

## লাল হন্দোকপা

১৯৪৪ ইংগী মে, জুন, জুলাই থা অহুমসিগী মনুংদা আই, এন, এ লাম্মীশিংনা মণিপুর অসি মথুৎ চনবগুম লৈরুরবসু, জুলাই ২০ দদি আই, এন, এ লাম্মীশিংনা মণিপুর থাদোকপা তাখি। মতাং অসি আই, এন, এ লাম্মীশিংগী খ্বাইদগী খুদোংচাদবা মতাং অমা ওইখি। এরোপ্লেন লাকখিদ্রে, খুৎশু-খুৎলাই ম্বাৎলকপা চিঙ্গাক লৈরক্তবা, ঈঙা ঈঙেনগী অকনবা নোংনা মণিপুরগী থা মায়গৈ ঈশিং থুমগ্রে। আই, এন, এ অমসুং জাপান লাম্মী কয়া

অনা-অয়েক য়াওরকখি, য়াম্না খুদোংথিবা তাঙ্গা ওইখি, খুৎলাই অমসুং চিঙ্গাক ৱাৎলকপগী মরমদি :—

খারোমদা জেনেরেল ৱিংগেটকী ৭৭ শুবা ভারতকী বৃগেডনা ১৯৪৪ গী ফেব্রুয়ারী থাদা বর্ম্মগী নিংথি, ঈরাৱটি লাম্হোক্লগা কাথাদা, মচিনাগী রেল লম্বী মফম কয়ামুক্তা ককথৎখি। ১৯৪৪ গী জানুয়ারী তাং ১১ দা ১৫ শুবা ইণ্ডিয়ান কোরনা বর্ম্ম লানাশিল-লক্লুনা মাউংদাউ কৌবা মফমসু খুঠুম চনখি। বৃটিশ, আমেরি-কাগী থৌরাং কয়া অসিনা জাপান অমসুং আই, এন, এগী মায়কৈদা খুদোং চাদবা ওইরকখি। জেনেরেল ষ্টিলবেলগী চাইনিজ, আমেরিকান লাম্মীনা হুকাউং কৌবা ভম্পাক্তা তকল্লিকখি, মফম অদু নিংথি তুরেলগী মরুরোমদনি হায়না পল্লি। বৃটিশ লাম্মীনা নোংপোকলোমদগী সাল্‌ৱিন তুরেল লাম্হোক্লুনা মে তাং ১৭ তা মচিনাগী প্লেন তাফমদা অপনবা পীখি। কাথাগী লমদা ৩শুবা ইণ্ডিয়ান ডিভিজন্না মরু ওইবা লম্বা কয়াদসু অপনবা পীখি, থৌদোক কয়া অসিনা মণিপুর অমসুং ভারতলোমদা মাংজিন থারকপা আই, এন, এ অমসুং জাপানশিংনা নিংহন্নবগী মচাক অমা ওইখি।

প্রসান্ত মহা সাগররোমদা আমেরিকানা জাপানগী কোন্নুং-লোমদা নকশিল্লকপগী ৱাফমসু পল্লি। ভারতলোমদা শিজিন্নগদবা লাম্মী, খুৎলাই অয়াম্বদি প্রসান্ত মহা সাগরলোমদা শিজিন্নবা তাখি। খুদোং চাদবা মরম খরদগী জাপান অমসুং আই, এন, এ তেঙ্গোম্না লান হন্দোকপা ( রিট্রিট ) তাখি। ১৯৪৪ গী জুলাই তাং ২০ দগী আই, এন, এ অমসুং জাপানীজশিংনা মণিপুর থাদোকপা হৌখি। মতাং অসি মোইরাংদা লৈবা আই, এন, এ ইণ্টেলিজেণ্ট ওফিসকী মখাদা মণিপুরী মীওই কয়ানা থবক তৌরকপা থা অহুমলোম হৌরবা মতুংনি। ইণ্টেলিজেণ্ট ওফিসার এস, এ মালিক মতাং অসিদা য়াম্না কন্না মশা শুন্নকখিদে, ব্যেঙ্কোক্তা লায়েংবা চৎপা তাখি। থ্বাইদগী নাহা ওইরিবা শরুংবম ইবোহল সিংহদা আই, এন, এগী মখাদা লিংখৎখিবা মোইরাংগী পাউগী লোইশং অদু শিন্নরম্লগা, কর্ণেল মালিক্কা লোইনা মণিপুরী মীওই তরুক, নেতাজী উন-নবগীদমক রেঙ্গুল তান্না খোংশানখি। মশাগী

চহি ১৬ লোমত ঙাইরিবা মীওই অমদা মণিপুরী সেক্সনগী ওইনা স্পাইগী থবক শিন্নবা হায়বসি অরাইবদি নত্তে। নহা ওইজরবসু মথৌদা পুক্লিং চংবা, থৌনা লৈবা পুকচেন শেংবগীদমক কর্ণেল মালিক্লা শারুংবম ঈবোহল সিংহদা মণিপুরী সেক্সনগী ওইনা ইন্টেলিজেন্ট ওফিস অদু মতম খরদংদ ওইরবসু শিন্নখিবনি। ১। থোকচোম অঙৌ সিংহ, ২। পোৎশংবম তোমাল সিংহ, ৩। লোং-জম বিজয় সিংহ, ৪। মোইরাংথেম যাত্রা সিংহ, ৫। ইরোম তোম্বী সিংহ, ৬। লাইশ্রম কাহ্নাই সিংহ অসিনচিংবা মীওই তরুক্কা আই, এন, এ ওফিসার মালিক চৎখ্রে। ইঙা; ইঙেনগী অকনবা নোংজু মতম ওইবনা মণিপুরগী খা মায়গৈ মোইরাংনচিংবা মফম কয়া ঈশিংনা থুমখ্রে। টিদিমগী লম্বী য়াম্না খুদোং থিখি, বৃটিশনা অঙকপা ফংনা বোম হৈথখি, লম্বী-থোং অয়াম্বা থুগাইখি। অসিগুম্বা খুদোংথিবা কয়া মায়য়োক্নরিবা আই, এন, এ অমসুং জাপান লান্মীশিংবু বর্ম্মরোমদা লান হন্দোক্নবা য়াথং পিরকখি। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী শাফুনা মণিপুরী চীংমী-তম্মীগী পুন্সিদা লৈতাদবা ওইহনখি।

নিংশিংবা য়াবা, অরা-অনানা থলথ্রবা মণিপুরী চীংমী-তম্মীগী রারী, শিংথাহুনা ওইথোক্লোই। খরদং পনবা তারবদা ইম্ফাল সহরগী য়ুম অয়াম্বা ফক্লাং শিদোকই, উ-রা য়াম্থৎলি, বৃটিশ আমেরিকাগী লান্মীতনা থল্লা লৈখি। হৈরোক, রাংজিং, কক্চিং পলেন, রাইথৌনচিংবা মণিপুরগী চীঙ্গোল পূন্নমক্তা বৃটিশকী অচৌবা তেঙ্গোল পৈখি। কোইরেঙ্গৈ (লুরাংশংবম), চঙাঙ্গৈ, কক্চিংদা বৃটিশকী মরুওইবা এরোপ্লেন তাফম ওইখি। লুরাংশংবমগী চীঙ্গোল অসিমক বৃটিশ সরকারগী মরুওইবা খুৎলাই পৈফমনি। চীং ফাওবা হুত্তুনা এরোপ্লেন থমখি, বোম, তোপ, টেঙ্কনচিংবা মরু ওইবা লানগী খুৎলাই পৈখি। চীং অয়াম্বদা প্লেন কাপ্পনবা নোংমৈ (এন্টি এয়ার ক্রাফট) মশিং থিঙমদনা থমখি। শিবা-চংবা মফম খংদ্রবা, চরাংনবা মতম অদুদা হুরালবা, লুৎ-পাৎকী থবকসু লেপ্পা লৈত্তে, লমহেনবা বৃটিশকী সিফাই কয়ানসু মণিপুরী নুপী অঙাংদা খুদোংথিবা কয়া নংহনখি। অদুগুম্বা থৌদোক কয়া অদুবু ঙাকথোক্নবগীদমক, লৈকাই খুদিংগী নুপা কাংলুপ-কাংলুপ

পুনশিন্নহুনা অহিং তুমদবমখৈ মাগী মাগী লৈকাইবু শংনখি। বৃটিশকী লান্মী, পথান, নেগ্রোনচিংবা কয়াগা খুং থোরুখি, অশি-অনা কয়া য়াওনখি, মতম অতুগী মণিপুরী মীওই কয়া হায়নিংঙাই লৈতনা ৱাখি।

খৃঃ ১৯৪৪, এপ্রিল তাং ২৫ দা আই, এন, এনা কংলাতোংবী য়ৌশিল্লকপগা লোইননা, তুমু মায়কৈদা লাকপা আই, এন, এ কম্যান্দর্গী মখাদা জাপানগী কর্ণেল সিমিয়ুনা, মুংথেং, খোংয়োন, য়াফৌ কোৌবা মফমদা অচৌবা তেঙ্গোল পৈখি। মে, তাং ৪ দগী হৌনা মায়কৈ অদোমদা বৃটিশকী এরোপ্লেন্না অঙকপা ফংনা বোম হৈথখি। য়াকৌনচিংবা চৗংগী অকনবা লানফম অসিদা আই, এন, এ লান্মীশিংনা কক্চিংগী এরোড্রোম ফাওবা তকশিল্লকখি, লাঙ্গোল কোৌবা মফমদা আই, এন, এগী অচৌবা তেঙ্গেল পৈখি। ১৯৪৪, মে তাং ৬ তা বৃটিশনা বোম থাদহুনা মায়গৈ অদোমগী খুন পূম্নমক তুম্না মৈ চাকখি, অশি-অনা য়াম্না নংখি। চৗংমীশিংগী লৈজবা ফৌ-চেং, শন-ওক, চিঙ্গাক কয়া আই, এন, এ অমসুং জাপান্না চাখিনি হায়বগীদমক বৃটিশনা তুম্না মাংহন-তাকহনখি। চানিংঙাই লৈত্রবা খুদোং থিরবা চৗংমী প্রজাশিংবু মে তাং ২৫ দগী হৌনা বৃটিশনা অঙম্বমখৈ খোমগত্তুনা ইম্ফালগী রিফিউজী কেম্প চৗংমৈরোং, মেঙ্গরখুন্নচিংবদা থমখি। রিফিউজী কেম্পতা লৈরিবা চৗংমীশিংবু লম্বী চিংনবগীদমক বৃটিশ লান্মীশিংনা পুখি হায়রি।

১৯৪৪, জুলাই তাং ২৫ দা আই, এন, এগী লমজিং মখাদা লাকপা, জাপানগী কর্ণেল সিমিয়ুনা চৗংগী লুচিংবশিংগা মাইবী খুন্দা মিতিং তৌখি। তেংনৌপন্দা আই, এন, এ অমসুং জাপানগী লান্মী লিশিং মঙানি প্লেন লাক্কবা, চিঙ্গাক ৱাংলকপনা য়াম্না খুদোং থিখি, চৗংমী প্রজাশিংগা আই, এন, এ অমসুং জাপান লান্মীগা চিঙ্গাক্কী মতাংদা য়াম্না মুংঙাইনদবা লৈনখ্রে। লান্মী লিশিং মঙাগী মনুংদা লিশিং অনিরোমদি মফম থংদনা মাংখ্রে, ঐখোয় মণিপুর থাদোকপা তারে হায়না খুল্লাকপশিংগা আই, এন, এ অমসুং জাপান ওফিসারশিংগা ৱা তেন্নশিন্নখি। লান্মী-শিংনা ওং-নৈখিবগীদমক লুপা কয়া পীরম্মী, বিদাই তৌনখি।

## মণ্ডলেদা মণিপুরী নিংতম লান্মীশিং

মোইরাংদগী চৎখিবা নিংতম-লান্মীশিং, কর্ণেল এস, এ, মালিক, থোকচোম অঙৌসিং, পোৎশংবম তোমাল সিংহ, মীওই কয়ানা টিদিম, কলোরা চেগাইন্‌চিংবা লম কয়া লান্দুনা মুমিৎ ১৬ নি রোমঙ্গী তুংদা মণ্ডলেদা য়োৌবা ঙমখি। খোংচৎ অসি থরদং নিং-শিংবা য়াই, লম্বী লমথাংদা অশুঙ্কী মতিক খুদোং থিখি। চাক-থোংবা, মৈ হোৌবা য়াদে, মৈখু উঠ্রবদি বৃটিশকী প্লেন লাক্কুনা মেছিনগন্না হন্না-হন্না কাপথত্তুনা আই. এন. এ. শিংবু হাৎলি, বোম কয়া থাদরি। প্লেন হনগ্রগা নিংতম লান্মীশিং অমুক পুনশিন্নে, হৌজিক্তা বারী শারম্বা মরুপ-মপাং কয়া গুলিনা পান্দুনা শিরম্বসু য়াওখি। পাম্বৈ লৈতে শিগ্রবা মরুপশিংগীদমক মিত্তগী পিরাং থরদং শিন্থবা নত্তুনা। বৃটিশকী প্লেন হনগ্রগা থরদং চা-থক্লগা অমুক চৎনবা থৌরাং তৌই অদুবু মরাইবক থিরবা নিংতম্বগী লান্মী অনাবা কয়াসু য়াওরকই, মথোং-মখুত্তা শোকপা, অরুম লাইহৌ তৌবা মথল-মখলগী লায়রানা। খন্থরুবদা মীমুংশিগী রাখল্লা নিংঙম্লক্কে, মীনা মীগী মতেং পিবা ঙম্মদবা তাঞ্জানি। নারকপা মফম অদুদা অদুম্মক লৈহৌবা তাবনি, অনাবা অশোকপা নিংতম লান্মীশিং অদু মথং মথং লান হন্দোক্ল-রকপা লান্মীশিংনা থেংনৈ উখোং রাখোংদা, অশুকপা চীংগী লোকমুংদা মদোম তরক-তরক্লা তাদুনা লৈরম্বা, শিক্লাত্রিবা নিংতম্বগী লান্মীশিং। মুংশি হায়দুনা তেংবাংবা ঙম্মদে, ফিরোল, অচা অথক থর-থরদং অনাবা লান্মীশিংগী থাইবিরম্বা নত্তনা, হন্না-হন্না য়েংনৈ থম্মোয় পাল্লিবা মশেন্নি। মিৎলুদা পিগী ঈরা চেম্নে, অদুম্মক তাদুনা লৈহৌই অশোকপা লান্মীশিং অদু, থাংহৌই চীংগী অইংবা মুংশিৎ অয়াকপা মুংশা। চাওথোকচরী শিগদোরবা নিংতম লান্মীশিং অদুনা, ঙমজরগনি ঈরৈবাক ভারত-কীদমক থরাই কৎপা, রাখল অদুতনা চোকথরবা মশা অদু হেম্না কনখৎপগুম উই, করিসু নাদুংদে, উখোং রাখোংদা লৈহৌই, মদোম তুমিন-তুমিন্না।

হি-য়াইগুম্মবা, নিংতম লাম্মীশিংগী থৱাই চকচাংনা. নিংতম্বা ভারতকীদমক কৎথোকপ্রবনি, তিনপ্রবনি মখোয়গী মশানা লৈপাক ওন্দুনা ভারতকী লৈমায়দা। মখোয়না উৎলম্বা থোনা, অথাং-কনবা ফিদম নিংশিফম থোকই, নিংতম্বগী লাম্মীশিংনা তশেংনমক ঙাইবিরদি অশিববু নত্তে মখোয়গী অরোয়বা শ্বর তৎ ত্রমখৈ মথৌ পাংলম্বা অসিতনি। শকুদা উম্তুনা কুপ্পবা, শোনবনা থক থক নিক্লবা, নিংতম লাম্মীশিংগী বংলবা খুৎ অতুনা, য়েক্লবগী মায়কৈদা গুলি লিশিং লিশিং কাপ্পখি। মশিং য়াম্লবা বৃটিশ, আমেরিকা লাম্মীবু করিস্থু নাচুংদনা লান পারম্লগা, শিরমদাইগী মতাংদা ভারতলোমদা মমায় ওন্দুনা, ভবত মাতাবু হন্না হন্না শোল্লম্লগা শিখিবা নীংতম লানমী ঙাক্তনি। হেক শিদ্রিমখৈ পোৎথাবগী মতম ফংদে. চাবা চাদনা হাওবা হাওতবা থিনদে, শুক্লবা চৌংনুং, পাক্ল লমহাং থুংঙ্ব্রবা মফম খুদিংদা নিংতম লানমীশিংগী লৈফম্লি।

মণিপুরী চৌংমী তম্মীগী মীওই খরনা, ভারতকী নিংতম্বগী লানফমদা থৌদাং খরদং লৌতখিবা. কৎথোকচাখবা অসিমক, পৈশিন্দুনা থম্বীরম্লবা লনগৈ অমগুম লৈহৌরগনি। মণিপুরগী মীওই কয়ানা বৃটিশকী মায়য়োক্তা তশেংনা লমল থুমনিংবগী মওং, আজাদ হিন্দ ফৌজদা অঙম্বা এবং পিনিংবগী থৌনা, লোইননা নেতাজী মশামক্কী সহি য়াওবা চে, পুম্নমক্কী মতিক চাবা প্রমাণ লৈবদগী, আই, এন, এ. ওফিসারশিংনা মণিপুরী মচাশিংবু তরাম্না লৌশিনখিবনি। জাপানগী হিকারী কিকান অমস্তুং আই, এন, এ, গী অচৌবা তেঙ্গোন অসি মোইরাংদনা মরুওই হায়বসি পুম্নমক্কা থংপ্রবনি। নিংশিংবা য়াই মোইরাংগী শক্লাইরবা মীওই শ্রীকোঞ্জেংবম গৌরো সিংহগী য়ুমদা ভারতকী মচু অহুমগী ফিরাল অহানবা ওইনা য়ুংখি। ওহুগুম্বা ফিরালহু উবনক্তদা মৈতৈ চৌংমী তম্মীগী থম্মোয়দা ঐথোয় বৃটিশকী মখা পোন্দ্রে হায়না চাওথোকচখি। ইন্টেলিজেন্ট ওফিসার মালিক্লা থোকচোম অঙৌ সিংহবু ইকায় খুম্নবগা লোইননা প্রধানজি হায়না কৌখি। মোইরাংদা লৈবা আই, এন, এ, ওফিসার ডাঃ চক্রবর্তি, জসরাজ, হরি সিংহ, দিবচান্দ, হিকারী কিকানগী (জাপানীজ) ওফিসার ইতো, অন্দো,, নচিংবা মকোক থোংবা

মীওই কয়ানা মণিপুরী মীওইশিংবু য়াম্না থাজনা ওকখি। ১৯৪৪গী মে, জুন, জুলাই থা অহুম অসি আই, এন, এ, লাম্মীশিংনা মণিক মণ্ডান ফুদোক্লম্লবস্তু, মরুওইনা চিঙ্গাক খুংলাই ব্রাংলকপদগী তণ্ডাইফদনা মণিপুরদগী লান হন্দোকপা তাখি। লান হন্দোকপগী মতাংদা নাকী চৌধুরী—ইম্ফাললোমদা লৈহৌরে, মণিপুরী সেক্সনগী ওইনা শারুংবম ইবোহন্না ইন্টেলিজেন্টকী থবক পুদুনা লৈহৌই। আই, এন, এ, ওফিসার মালিক্কা লোইননা, ১। শ্রীথোকচোম অঙৌ সিংহ, শিংজমৈ মথক থোকচোম লৈকাই। ২। শ্রীপোৎশংবম তোমাল সিংহ, শিংজমৈ চৈংঙা মখা। ৩। শ্রীইরোম তোম্বী সিংহ, চৈংঙা মখা। ৪। শ্রীলাইশ্রম কাহ্নাই সিংহ। ৫। শ্রীলোংজম বিজয় সিংহ, লোংজম লৈকাই। ৬। শ্রীমোইরাংথেম জাত্রা সিংহ, বিষ্ণুপুর। অসিনচিংবা মীওই-শিংগা মণ্ডলেদা থুংখ্রে।

মণ্ডলেদা নুমিৎ ৮ নিরোম পোৎথারে; মথংদা মণিপুরী নিংতম লাম্মীশিং রেঙ্গুলগীদমক্তা অমুক খোংশাল্লে, রেঙ্গুলগী ক্রুশিং কেম্পতা নুমিৎ ৪নিরোম পোৎথাবা ফংখি। মতাং আসগী য়াম্না লাইবক থিবাদ, লম্বী লমখাংদা কাহেন্না ব্রাখিবা, তুম্বা চাবা মফম খংখিদবদগী আই, এন, লাম্মী কয়া অনা অয়েক থোক্লকখি। মণিপুরী নিংতম লাম্মীশিংগী মনুংদা পোৎশংবম তোমাল, লাইশ্রম কাহ্নাই সিংহ অনিস্তু য়াম্না কন্না মশা ঙম্লক-খিদে। রেঙ্গুলগী লায়েংশংদা লাইকন্নখিবা মীওই কয়াগী মনুংদা মণিপূরী মীওই অনিস্তু য়াওখি। অনাবশিংগী নাক্তা নেতাজী মশামক লাকপিদুনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবিরখি, লোইননা পুক্নিং থৌগৎপিরখি, আজাদ হিন্দ ফৌজগী লাম্মীশিংবু—অমমমত ওইনা নানবীদুনা নেতাজীনা হায়বিখি—

"থৌনা ফরবা ঈচিন-ঈনাও পূম্নমক ঐখোয়গী থৌদাং ব্রাংলি, ভারত স্বাধিস্তগীদমক ঐখোয়গী চপ-চাবা ব্রাশক ঙাকখিগনি। ঐখোয়গী হকচাংদা ঈ মরিক অমত্তুংদ ওইরবস্তু চেল্লিমথৈ পোৎ-থাবগী মতম কংদে, থুনমক নাবা ফবিরো..., অসিনচিংবা ব্রাহৈ কয়া। ডাক্তরশিংগী থব্রাই য়াওবা, আই, এন, এ, শিংগী অমগা অমগা নুংশিনবা মতৌদগী, অনা অয়েক কোকলকখি, ক্রুশিং

কেম্পতা মণিপুরী মীওই তকুক অমূক হন্না পুন্না লৈমিন্নবা ফংখি। মথং মুমিং নিনি শুবদা পাঙ্ভ অমা লাকই. মণিপুরী মীওই তকুকপু নেতাজীনা কৌবিবনি. আই, এন. এ. লাম্মীশিংনা লমজিংবিদুনা নেতাজীগী নাক্তা চংলি। খর চংলগা লাম্মীনা চেকশিন্না ঙাক-শেনবা দলান অমা লৈবম্মী, অহানবমক্তদা মোইরাংদা উখিবগুম য়ুম অতুগী শুমাংদা ভারতকী মচু অহুমগী ফিবাল অমা য়ুংলম্মী। আই, এন, এ, লাম্মীশিংগী মতেংনা মণিপুরী মীওই তকুক্তা, অনিরক শুবা ওইনা নেতাজীবু উনবা ফংখি। তরাম্না কৌশিন-বিদুনা মণিপুরী মীওইশিংবু—নেতাজীগী নাক্তা ইকোয কোয়না ফমফম পিবিখি। নেতাজীগী চীংলেম্বা তোপ-তোপ্না ভমজনিংঙাই ওইবদি—ইচম চম্বা রাঙাং রাতানা খুদিংমকপু পেলহনবা অসিনি। মণিপুরী আই, এন, এ. শিংবু অমদি রাবী কয়াবু নেতাজীনা হান্না খংবিবগুম তরাম্না ওকপিরম্বা—অসিমক ভারতকীদমক্তা কংথোকচখিবগী মহৈনি, লাইবক যবনি হায়না মণিপুরী নিংতম লাম্মীশিংনা মুংঙাইবা কোংদোকখি। নেতাজী মশামক্তা উনদুনা অনিংবা কয়া ফোংদোক্লবা অসিমক অচৌবা মহৈ অমনি হায়না শ্রীঅঙৌ সিংহনা হায়রিরম্মী। মুমিং অদু হিন্দু ধর্ম্মগী কৃষ্ণ জর্ম্ম মুমিংসু থোকই, নেতাজীগা লোইননা আই, এন, এ. অমসুং জাপান ওফিসার ৬০ রোমগা চাক্লেন অমা চামিন্নখি। মৈতৈগী চাক চানবগা য়াম্না মান্নে, কালিজা ফিদা পরেং থাদুনা, পরেং নাইনা ফমদুনা চাবনি। নুপী লাম্মীগী লুচিংবী কেপ্টেন রাণী লক্ষ্মী মশামক্তা লোইননা, নুপী লাম্মীশিংনা চাক্লেন অদু শিন-লাংখি। মণিপুরী আই, এন, এ, শিংগীদমক এ, ডি, সি, রিজবীর কৌবা ওফিসার অমনা লৈযম্নচিংবা থৌরাং-বিখি, রেঙ্গুল সহরগা নকুবা, কোককাইন কৌবা মফমগী মেন রোড ময়াদা গেস হাউস অসি লৈ।

১৯৪৪, আগষ্ট ২১ দা আজাদ হিন্দ ফৌজগা মরি লৈনবা থৌরম অমা পাংথোকই, মী লিশিং মঙারোম তিনবা সভানি। নেতাজীনা রা ঙাংগদবা মফম (রোসত্রম) অদু শুপ্নগী চৌকী মাপন খক্তা মরাইদা থাদুনা থমখি। মিটিং হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা ভিল্লিযা মীয়াম্না নেতাজীদা ফুল অমসুং মালাদন তৌরম্মী, থোবচোম

অঙৌ সিহবু নেতাজীনা কৌশিনবিখি, প্রধানজী হায়বা মিংথোল পিবিবগা লোইননা অঙৌ সিংহদা নেতাজীগী খুৎমক্তা লৈ পরেং হুকপিখি। মিটিং লোইদ্রি ফাওবা নেতাজীগী নাক্তা লৈহনখি, লোইননা মণিপুরী আই, এন, এ, অঙৌ, তোমাল, বিজয়, যাত্রাসিং, তোম্বী, কাহ্নাই, মীওই তকক্তা চৌকী তরুক পিবিখি, নেতাজীগী নাক্তা লৈহনখি। চৌকী অমনা আই, এন, এ. ফন্দা লুপা কোটি ২ ( অনি ) মী সনা লুপা কৎখিবা শ্রীহবিবত্তা পিখি, চৌকী অমনা নেতাজীগী হিন্দিগী ভাসন অহু তামিল লোন্দা হন্দোক্লদবা ( ইণ্টরপ্রিটর ) অহুদা পিখি. চৌকী অমনা নেতাজীগীনি। মিটিং হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা শ্রীহবিবকী মুপী, শ্রীমতি বেতাইদা সনাগী তকমান অমা নেতাজীনা মনা ওইনা মহাক্কী ফিজিদা থেৎপিখি। মথোয়না (হবিব অমসুং বেতাইনা) অথাকপা লৈতনা লুপা কোটি অনি দান তৌথিবগী তৌবিমল খংবা উৎপনি। অহুগুম্বা চৈংলেম্বা থোরম অহুদা নেতাজীনা হায়বীখি—মণিপুরদগী ভারতপু মুংশিবা, কৎথোকপা গুম্বা মীওই কয়া চংলকপা হৌবে। অথাকপা লৈতনা আই, এন, এ, দা মতেং পিনরকপা, মরৈবাক মুংশিবা মীওই কযানা নিংতম লান্মী ওইনা চোংথোক্লরকপা অসিমক মায় পাকপগী খুদাম্নি. শোয়-দনমক ভারতনা স্বরাজ ফংলগনি।

১৯৪৪, সেপটেম্বর থাদা রেঙ্গুন্দা লৈবা আজাদ হিন্দ বেঙ্ককী চহিগী কুমওন পালন্দা মণিপুরীগী আই, এন, এ, শিংবু যাওহনখি। আই, এন, এ. অমসুং জাপান্নীজ ওফিসারশিংদা এ, ডি, সি, রিজবীরনা মণিপুরী মীওই কয়াবু শক তাকখি। মথং মথং ওইনা কেপটেন জসবাজনা পাউ পিরহুনা অনিশুবা কাংলুপকী নিংতম লাম্মীশিং অসিবু ওকখি।

১। শ্রীমাইবেনবম কোইরেং সিংহ। ২। শ্রীশাকুংবম ইবোহল সিংহ। ৩। শ্রীহেমাম নিলমনি সিংহ। ৪। শ্রীকীয়াম গোপাল সিংহ। ৫। শ্রীরাংখেম জ্ঞানেশ্বর সিংহ। ৬। শ্রীমতি কন্যা দেবী। ৭। শ্রীমতি লক্ষ্মী দেবী। ৮। শ্রীমুতুম অমুবা সিংহ। ৯। শ্রীলাইশ্রম ইরাবোৎ সিংহ। ১০। শ্রীলাইফ্রাকপম সনাবা সিংহ অসিনচিংবা মীওইশিংসু রেঙ্গুন্দা য়োরকখি।

বৃটিশ আমেরিকাগী অপুনবা শক্তিনা অহিং মুংথিল মাইদনা অকনবা লাঙ্গং তৌখি। ১৯৪৫. মে তাং ৩ দা রেঙ্গুল পায়বা হৌখি। মে, ৬ তা বর্ম্মা পুম্নমক এলাইড শক্তিনা পায়খি। অসিগুম্বা অকনবা লাঙ্গং অসিদা বৃটিশ, আমেরিকাগী লান্মী ১,১০,০০০ রোম অশি-অনা য়াংখি হায়রি।

১৯৪৫, মার্চ ৯ দা বৃটিশ, আমেরিকানা মৈগী বোম টন ১,৬৬৭ জাপান্দা থাদখি, মশাং অসিদা জাপানগী মী ১,৮৫,০০০ রোমগী পুন্সি মাংখি। মার্চ ৯ দগী মে ৩১ ফাওবদা টোকিওদা য়ুম ৭,৬৭,০০০ মাং তাকখি, মী লাক্ষ ৩১ গী ময়ুম-মকৈ লৈখিদে। মুপী অঙাং য়াওনা জাপানগী মীওই লাক্ষ ২ লিশিং ৬০ শিখি, লাক্ষ ৪, লিশিং ১২ রোম্না শোইনাইরবা মী ওইহনখি, অপুনবা হিসাবতা মীওই লাক্ষ ৯২ বোমগী ময়ুম-মকৈ লৈতদবা মী ওইহনখি হায়রি। নিংশিংবা য়াই হেন্না শাথিবা থোদোক অমা:—

১৯৪৫, আগষ্ট তাং ৬ তা অমেরিকাগী প্লেন অমনা জাপানগী হিরোশিমা কৌবা সহরদা ইহান-হান্না এতোম বোম থাদখি। মী লখ ২৫ লৈবা সহর অদু উং ওইখি। আগষ্ট তাং ৯দা নাগাসাকিদা হেন্না মপাঙ্গল লৈবা এতোম-বোম অমসু থাদখি. মী ২,৬০,০০০ রোম সহর অদুদা লৈ, মী ৪০,০০০ গী মথক্তা শিখি, ৪০,০০০ রোম্না শোইনাইরবা মী ওইখি। নাগাসাকিদা থাদখিবা এতোমবোম অদুনা হেন্না মপাঙ্গল লৈরবসু লৈতেম মাংদবা চীংচেপ্তা তাখিবা মরম্না অশি-অনা খরদং হন্থখি।

১৯৪৫, মার্চ তাং ৯ দগী মৈগী বোম টন, ১৬৬৭ বৃটিশ, আমেরিকানা জাপান্দা থাদখি। মতাং অসিদা জাপানগী মীওই লাক্ষ ১,৮৫,০০০ রোমগী পুন্সি মাংখি। মার্চ তাং ৯দগী মে তাং ৩১ ফাওবদা টোকিওদা য়ুম, ৭ ৬৭,০০০ লোম মাং-তাকখি. মী লাক্ষ ৩০গী মথক্তা ময়ুম মকৈ লৈজদবা মী ওইহনখি। নিংশিংবা য়াই, জাপানগী মুপী অঙাং য়াওনা মী লাক্ষ ২, লিশিং ৬০ রোম শিখি, লাক্ষ ৪, লিশিং ১২ রোমনা হিংবদা কান্নদ্রবা শোইনাইরবা মী ওইখি। অথং অহৈশিংগী মোৎ মতুংইন্না. অপুনবা হিসাব

অমদা জাপানগী মীওই লাক্ষ ৯২ রোমদি অনিশুবা লাণ্ডাওগী শাফুনা অৱা-অনা নংখি।

অশঙ্বা ৱারোল

লালদা শিজিন্নবা খুৎলাইগী মরমদা খরদং নিংশিংবা য়াই। এতোম বোম বিজ্ঞান্না পুথোকপশিংদগী খ্বাইদগী হেন্না অকিবগী মশক ওইবা, মাং-তাকহনবা ঙম্বা বোম মখল অমনি। মসি পুথোক-লকপদা অথং-অহৈ কয়া য়াওগ্রবস্ত বিজ্ঞান হৈবা জর্মনগী মী ওই ওটোহেন ( Otto Hahn ) কৌবা অমনা পুথোকপনি হায়না লৌনখ্রে।

বোম— মখল কয়া লৈ, মৈ চাকপা বোম, মখোল যাম্না তৌনা পোকখাইবা, যোংতক য়োংচাক য়াংবা বোম। মৈ চাকপা বোমগী মনুংদা ববর মচেং মচেংকা ফোসফরসনা মৈ চাক্নবা হাপই। বোম অতু পোকখায়বদা ফোসফরাস অতুগা নু শিংকা পেংনবদা মৈ হৌরকই, ববর মচেং মচেং চাইথোকই মৈ চাকই। যুম কয়া সহর কয়া মৈনা তুম্না চাকহল্লি, লৈডোই হৈজিন্নগা মথংপা য়াই।

হাইড্রোজেন বোম— ইউরেনিয়ম এতোম বোমদগী শরুক লিশিং হেন্না শক্তি লৈ। বোম অসিনা থাদফমদগী মাইল ১৬ লাপ্পদা লৈবা মুং ফাওবা শৌদোকহনবা ঙমই। বোম অসিনা পোকখাইবদা থাদফমদগী মাইল ৮০ লাপ্পা লৈবা ফরা দলান থুগাইবা ঙমই, তম-থিরবা বোম অসি আমেরিকা অমসুং রুশিয়াগীস্তু লৈ।

ট্যাঙ্ক— ট্যাঙ্ক হায়বসি য়োংনা পূমকুপ কুপশিনবা, কেটার-পিলার হুইল পানবা গাড়ী মখল অমনি। মসিগী লম্বী থোইনা নাইদে পংচত্ত চৎপা য়াই। নোংমৈ মকুনা ইবাই লাইনা ফাও-জিন্দুনা মনুংদা লৈরিবা মীশিংবু শোকহনবদা খনেং চাদে, মনুংদগী কাপথোক্লকপা নোংমৈ মকুনা য়েকবগী লাম্নী কযাদি হাৎপা ঙম্মী। পৃথিবীগী অনিশুবা লাণ্ডাওদা শিজিন্নরম্বা জাপান অমসুং বৃটিশকী ট্যাঙ্ক ঙসিসু নিংশিং খুদম ওইনা ইম্ফালদা লৈরি।

লাল লোইশিনবা

১৯৪৫, আগষ্ট তাং ১৯ দা নেতাজী সুভাসনা শিঙ্গাপুরদগী টোকিওদা চৎখি, লমখাংদা প্লেন কায়দুনা পুন্সি লোইখি হায়নৈ।

সেপ্টেম্বর ১৪ দা জাপান্না খুৎলাই থাদোকখি, এলাইড শক্তিশিংনা মায় পাকখি। আই, এন, এদা য়াওকুবা ভারত মচা কয়া বৃটিশকী লানফা (ৱার প্রিজনর) ওইদুনা রেঙ্গুল জেলদা মতম খবা থাংখি। ১৯৪৬, ফেব্রুয়ারী থাদা ৱায়েল (বিচার) কন্না চৎথখি, গান্ধীজিগী য়াথং মতুং ইন্না আই, এন, এশিংবু ইণ্ডিয়াদা পুরকখি, আই, এন, এ ৱার প্রিজনরশিংগী য়াইফনবগীদমক মহাদেব দেসাই, নেহৰুনচিংবনা কন্না দিফেন্স তৌখি।

সেন্ত্রেল আই, এন, এ রিলিফ কমিটিগী প্রেসিডেন্ট সর্দার প্যাটেলনা মণিপুৰী আই, এন, এশিংবু শক খংখি। ১৯৪৬, ফেব্রুয়ারী ১৭ তা বিচাব লোইদুনা আই. এন, এ লান্মী কয়া থাদোকপা হৌনখ্রে। পৃথিবীগী অনিশুবা লাণ্ডাওদা অকনবা থৌদাং লৌকুবা মণিপুরগী আ৮, এন, এগী মীওই কয়াস্থ ১৯৪৬, মাচ্চ তাং ২৪ দা এযুম মযুমদা য়োনৱকখি। মণিপুবগী আই, এন, এ য়াওকুবা মীওই কয়ানা হেক হল্লকপগা, শিংজমৈ চোংথাম লৈকাইগী ৱাজকুমাৱ সনাহল সিংহগী যুমদা, নীং৩ম লান্মীশিংবু ওকপগী থৌৱম অমা পাংথোকখি। অদুগুম্বা থৌৱম অদুগী মরু ওইনা শিল্লাংখিবদি— আব, কে, মাইপাকসনা সিংহ, কৈশাম খোগেন্দ্র সিংহ, ব্রজমণি শৰ্ম্মা অসিনচিংবান।

মণিপুৰগী ওইনা লুচিংদুনা আই. এন, এদা য়াওকুবা প্রধানজী থোকচোম অঙৌ সিংহ, লাইশ্রম কাহ্নাই সিংহ, শাকুংবম ইবোহল সিংহ, ইবোম তোম্বী সিংহ, অসিনচিংবা মীওই কয়ানা থৌৱম অদুবু মপুং ফাহনখি। লোইশিনবগী থৌবমদা ইম্ফাল সহরগী মযাই, খ্বাইবমন কৈথেল ফাওদুনা য়াম্না চীংলেম্বা স৺া যাত্রা অমা চৎখি। থোংচৎ অদুগী মীয়াম্না লাউখি, বন্দে মাতৱম, জয় হিন্দ হায়না, মতুংদা থোকচোম অঙৌ সিংহনা সভাপতি, মাইপাক-সনা সেক্রেটবী ওইদুনা আই, এন, এ বিলিফ কমিটি অমা শেমখি। মীযামদগী শেল খায়দুনা (নিদুনা) আই, এন, এদা য়াওরুৱা মণিপুৰী মীওইশিংদা মতেং খৱা খবা পাংখি। শ্রীঅঙৌ সিংহনা লুচিংদুনা আই, এন, এ, ভি, সি, কৌবা ভলুন্টিয়ার ক্রোপ্স অমা লিংখৎখি, আর, কে, মাইপাকসনা সিংহনা সেক্রেটৱী ওইখি।

ভলুন্টিয়ারশিংদুগী কম্মান্দ তৌনবগীদমক শ্রীমতুম সিং, শ্রী তোম্বা শর্ম্মা অনিবু কলিকটাদা থাদুনা রেস বেঙ্গোলগী আই এন. এ. রিলিফ কামটিনা হিন্দিদা কাজ লাউবগী চৎনবী মরোল কয়াসু তৌহল্লই। মতাং অদুদা মণিপুরগী নহারোল ভলুন্টিয়ার ৫০০ গী মথক্তা লৈখি, কলিকাটাদগী মীওই অনিনা হল্লক্লগা, হিন্দিদা কাজ লাউখি। অদু-শুন্না হিন্দিদা কাজ লাউবা, মণিপুবগীদমক্তদি মদুনা অহানবনি হায়রি। শ্রীখোগেন্দ্র সিং, মাইপাকসনা সিংহ, অসিনচিংবা মীওই কয়ানা মণিপুরী আই, এন এশিংগীদমক য়াইফ থৌবাং কয়া তৌখি।

## ২শুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওবু নিংশিং থৌরম পাংথোক্লবি

জপান্না সরেন্দর তৌখিবা অমসুং ২শুবা লাঞ্জাওদা থেংনখিবা অরা-অনাগী শক্লোল কয়া, চহি খুদিংগী ওইনা নিংশিং থৌরম পাংথোক্লি। ১৯৮৪, আগষ্ট ১৬ তা ৩৯ শুবা কুমওনগী থৌরম তোকিওদা পাংথোকখ্রে। থৌরম অদুদা জপানগী প্রধান মন্ত্রি য়াসুহিয়ো অমসুং ডিমোক্রেটিক পার্টিগী লুচিংবশিং নকাশোনো-নচিংবা লুচিংবা পুন্নমকসু য়াওখি। প্রজা ৭,৩০০ লোম তিনখি, থৌরম অদুদা ইম্পরর হোবোহিতোনা লাউথোকখি, ১৯৪৫, আগষ্ট ১৫ দা জপান্না স্বার্থ অমত্তা য়াওদনা সরেন্দর তৌখিবা, হিরোসিমা অমসুং নাগাসাকিদা থোকখিবা এটোমবোমগী চৈথেং, পুন্নমক অদুবু নিংশিংনখি। লানফম অদুদা লৈখিদ্রবশিংদা কৎথোক্তুনা মতম শাংনা নিংশিংহৌনবগীদমক, জপান সরকারনা বুদোকান্দা তোকিও ষ্টদিয়ম অমা শানবগীদমকসু থবক পায়খৎখ্রে। ১৯৩৯, সেপ্টেম্বর তাং ১ দগী হৌখিবা তমথিরবা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওবু নিংশিং থৌরম ওইনা, পৃথিবী শিনথুংনা লানবু য়ানিংদবা নুমিৎ হায়না পালন তৌনখ্রে। মণিপুরদসু পালন অসি অল ইণ্ডিয়া পিস এণ্ড সোলিদরিটি ওর্গেনাইজেশন মণিপুর সাখানা শিন্দুনা, লানবু য়ানিং-দবা নুমিৎ পালন তৌখ্রে। ( আগষ্ট ৩০, ১৯৮৩ )

**মোস্কো ( টাস )**

**বোর্দস ওফ ইয়ুনিয়নস এণ্ড ওর্গেনাইজেসনস ওফ ক্রিয়েটিভ বাকরস ওফ ইয়ু, এস, এস, আরনা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওদা**

ফ্যাসিজমবু জয় তৌখিবগী ৪০ শুবা নিংশিং থৌরম কৎথোকপগী লোইননা পাংথোকখ্রে। (মে তাং ৮. ১৯৮৫)।

ফ্যাসিজম ( Fascism )

১৯১৯ দা ইটালিদা মুসোলিনিনা হৌদোকপা ইটালিগী ন্যাসনেলিষ্টশিংগী ইরাংনি। কম্যুনিজমবু মাইথিবা পিনবা থৌরাংনি। লন্নাই সম্পাত্তি লৈজবা য়াউ অতুগা শিজিন্নবদি সরকারগী খুত্তা শিন্নে। মসিগী নিতিদি— সরকারগী য়াওদনা, সরকারগী বিরুদ্ধদা অমসুং সরকারগী মাংমদা করি অমত্তা তৌদবা অসিনি। জবাহরলাল নেহরুনা ইউরোপ্তা ১৯৩০ গী খোংচত্তা ইটালিগী মুসোলিনিনা নেহরুবু মখোয়গী মায়কৈদা পুশিন্নবা কন্না হোৎনাখ, খোংচৎ অতুদা রোমদা পন্দুনা নেহরুবু উন্নবা হায়খি। মুসোলিনিগী অতুগুম্বা থৌরাং অতুবু নেহরুনা মহৈ য়ানহনখিদে।

নাজিজম ( Nazism )

নাজিজম হায়বসি জর্মানিগী ন্যাসনেল সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী নীতিনি। নীতি অসিগী উদ্দেশ্যদি বোলশেভিজমগী মত অমসুং প্রভাব চংহন্দবা আসনি। ১৯২৫ গী ১১ নভেম্বরদা হিটলরনা লিঙ্খৎখিবা দলদগী থোরকপা নাজিজম নীতিনি। ফ্যাসিজম অমসুং নাজিজমনা ভারত্তা য়েদোংথিবা ওইগদবা অতুবু নেহরুনা খংখিলোয়ননা ইন্তরন্যাসনেলগী রাখল, কুপ্পবা রাজনীতিগী মিৎয়েং কয়াতু ইণ্ডিয়ান ন্যাসনেল কংগ্রেসপুসু খঙহন্নবা হোৎনখি।

৪০ শুবা ফ্যাসিজম মাঙ্গাখবগী পালনগী মরি লৈননা!

২ শুবা লাঞ্জাও অসি সম্রাজ্যবাদীগী থৌশিনগী থোনখিবনি, মখোয়গী দারী ওইফম থোকই হায়না অখণ্ড-অহৈ কয়াগী অরনবা মিৎয়েং পীরি। পৃথিবীগী থোকখিবা অহানবা অমসুং অনিশুবা লাঞ্জাওগী মরক্কী মতম অসি অন্তর জাতিক সম্রাজ্যবাদীশিংনা এন্টিফা সোভিয়েত ফ্রন্ট অমা, শেমগত্তুনা সোভিয়েত ষ্টেটপু মপাল মরু ফুরুবা অরুনবা শাফু পীথিবা মতমনি। ফ্রন্ট অসিগী লুচিংবশিংদি

মথৌশিংনা অমসুং সোসিয়েলিষ্ট সিষ্টেম্না হেন্না মায়পাক্লা ( পাক-চাওনা ) শন্দোরক্লবদা সম্রাজ্যবাদী আমেরিকা অমসুং বৃটেনগী সোসিয়েলিষ্ট সিষ্টেমগী মাযযোক্তা লৌতুনবগী থবক হেন্না কনথৎ-লকখি।

অনিশুবা লাঞ্জাওগী তুংদা বৃটেনগী প্রধান মন্ত্রি ৱিন্সটন চর্সিল্না হৌদোকপা,সম্রাজ্যবাদী ষ্টেটশিংগী এন্টিসোভিযেত পোলিসি 'কোলদ ৱার' হায়না খংনবা অচু চৎথবা হৌরকখি। মতুংগী মপুং ওইবা ৱাখললোন্দি ইউ, এস সবকাবনা সোভিয়েত ইউনিয়ন অমসুং অতৈ সোসিযেলিষ্ট লৈবাকশিংগী মথক্তা অচৌবা লংঙং অমা হৌনবগী অচেৎপা থৌবাংনি। অনিশুবা লাঞ্জাও মতুং চহি ৪০ রোম শুজিল্লক্লবা ওসি পৃথিবীগী মীযাম্না কেসিজমবু মাযথিবা পীখিবগী ৪০ বক শুবা পালন পাংথোক্লিবা মতম অসি ফাওবদা, সম্রাজ্যবাদী-শিং, মক ওইনা ইউনাইটেদ ষ্টেটকী মিলিটরী ৱাখল, রাজনীতিগী খোংজং অসি, মাগী এন্টি সোভিয়েত ওইবা মিৎযেং পরিং অমদগী খভিক্তফাও হেংংদোক্তনা লাক্লি। সোভিযেত ইউনিযন অমসুং সোসিযেলিষ্ট লৈবাকশিংগী মাযযোক্তা অবোয়বা লাল অমগী থৌরাংদা ওসিসু লেপ্লা লৈত্রি, পৃথিবীদা নিউক্লিযার লাঞ্জাও অমগী শাথিরবা ৱাখললোন অমদা পুশিন্নবা থৌবাংলি। এম, এস, মিসাইল, ষ্টার ৱারগী প্রোগ্রামদা, অঙকপা ফংনা খরচ তৌবি, পৃথিবীগী লৈমায়দা লৈবিবা থল্লাই পানবা খুদিংমকপু তুম্না মাংহনবা ঙম্বা, কেমিকেল অমসুং বাইযোলোজিকেলগী লাল, তমথিববা মখল-মখলগী খুৎলাই লেপ্লা লৈতনা শাগৎলি।

লানগী খুৎলাই।

"লান্" হায়বসি মাং-তাক্লবগী মশক্কি খংনা খংনা, ওসিসু শাগৎনরী মালেম অসিবু তুমহনবা ঙম্বা শক্তি লৈরবা লানগী খুৎলাই। পৃথিবীগী লানগী অমদি খুৎলাইগী মরমদা ওসি তৌরিবা খবচকী মতাংদা, খরদং নিংশিংবা য়াই—

১৯৭২ দগী ১৯৮২ মতুংদা চাওখৎলবা লৈবাকশিংগী লানগী খুৎশু-খুৎলাইগী চাদিং অসি চহি অমদা চামদা ২.৪গী চাংদা

হেনগংখি। চাওখংনবা হোংনরিবা লৈবাকশিংনা চামদা ৫ গী চাংদা হেনগংলি, ১৯৮৪ গী ওইনা পৃথিবী পুম্নমক্কী লানগী খুংলাইগী মরমদা খরচ তৌগদৌবিবসি দোলর কোটি লিশিং ৯৭ ( লুপা কোটি লাক্ষ ১০, লিশিং ৬৭ ) লোম ওইগনি হায়না পানরী।

১৯৮৫ দদি দোলর কোটি লাক্ষ অমা ( লুপা কোটি লাক্ষ ১১) ওইবা য়াই হায়রি। ইন্সটিট্যুট ওফ দিফেন্স ষ্টদিজ এণ্ড এনালাই-শিসকী দিবেক্তর কে, সুব্রমনিয়মনা প্রেস কনফরেন্স অমদা হায়খিবা বাফম খরা পনবা য়াই। পৃথিবীগী ওইনা লানগী খুংলাইগীদমক তিংলিবা শেল, তৌবরা খরচ অসি দোলর বিলিয়ন ৬০০ নি হায় বি। মিনিট অমগী চাংদা খরচ, দোল্লর মিলিয়ন অমনি, হৌজিক হৌজিকমক লৈবিবা নিউক্লিয়ার রেপন্সকী মশিং অসি লিশিং ৪০ দগী ৫০ ফাওবদি লৈবে। পুম্নমক্কী অহেনবা মচাকশিংদি— ইউ, এস অমসুং সোভিয়েত ইউনিয়নগী ওইতুনা লৈরি। নিংশিংবা য়াই, ডেষ্ট্রোয়ার অমগী মমল লুপা ক্রোর ৯০ নি। শেনফম অসিনা সহর ১৩ অমদি-খুঙ্গং ১৯ দা মৈ পিনবগী থৌরাং তৌবদা কো-য়বা শেলফমনি। জেত ফাইতর অমগী মমল লুপা ক্রোব ১৮ নি, মসিনা লায়েংবদা চংবা মচাকশিং, খুঙ্গং লিশিং ৪০ দা য়েম্থোকপা ওকপা শেলফমনি। হোক-গ্রাউন্দ এতেক অমগী মমলনা, মীওই মিলিয়ন ১৫ গী রাংলিবা ঈশিং পীবা ঙবগনি। পৃথিবীগী ওইনা লান্মীগী অমসুং লানগী খুংলাইগী মরমদা অনৌবা শেলফম থাদতুনা হোংনরিবা অসিগুম্না, মহৈ-মশিংগী, য়ুমলৈ-কৈরৈগী, চিঙ্গারুচিংবা— হিরম কয়াদা খরচ তৌবম্নবদি হেন্না য়াইফবা অনৌবা পৃথিবী অমা ওইরম্বা য়াই হায়না মোং পীনবী।

অনৌবা মখলগী লানগী খুংলাইশিং অসি কয়ামুক য়াম্না শক্তি লৈবা? খুদম খরদং পনবদা মতিক চায়। ভিয়েটনামদা আমে-কানা লান মন্নুংদা "এজেন্ট ওরেঞ্জ" হায়বা হু য়াওবা কেমিকেল মখল অমা শিজিন্নখি। হায়খ্রিবা হিদাক মচন অসিনা, ভিয়েটনামগী লবুক্তা চাইথোকখি, মতুনা মরম ওইতুনা মহৈ-মরোং পুম্নমক মাং তংকখি। লমদম অতুগী মনা-মশিং চাবা মী লিশিং কয়া কেন্সরগী লায়না নায়কখি, শিংলিদা ঈ চেন্দবা, লায়না মখল কয়া মথং

মথং পোক্লকখি। পোক্লকপা অঙাংশিংদা জ্বগোৎ চাদবা, মী ওই-বোইদবা ডাক্তা পোক্লকখি। অসিগুম্বা ছু য়াওবা কেমিকেল্লা শোকপা মী লিশিং ২০ দগী ৩০ ফাওবগী মশুংদা ওইবা য়াই হায়না, অথং-অহৈ বিজ্ঞানিকশিংনা চপ-চাবা পীরি।

ক্রুজ মিসাইল, কাপথবা ওম্বা এয়ারক্রাফট. ক্রুজ মিসাইলশিং ইস্তসেপা তৌবা ওম্বা অঙ্গদি মসিগী বেৰ্ভশিং কাপথবা ওম্বা ইয়ার-ক্রাফট ১৮১ কৌবা সুপরসোনিক ফাইটর প্লেন সোভিয়েত্তনা শারে হায়না; মোংচুপকী জেনীজ-ডিফেন্স ব্রিক্রিদা ফোংখ্রে। ইঞ্জিন মরি পানবা জেৎ প্লেন অসি তুপে লোভ টিইউ. ১২৮ মখন্দগী শেম-গৎপনি। অনৌবা সুপরসোনিক জেৎ ইয়ারক্রাফট অসিনা, নোংথক্তগী নোংথক্তা কাপ্পা ওম্বা. মিসাইল ২০ দগী ৩০ ফাওবা পুবা ওম্মী। অনৌবা মখলগী খুংলাই অসিনা মিৎনা উবা ওম্বগী ৱাংমদা উবা ওম্বা বাদরস্ত য়াওই। ৱাফম অসি নোংচুপ লৈবাকশিংগী ইন্টেলিজেন্সশিংগী সোর্স্ত য়ুমফম ওইতুনা ফোংলকখিবনি।

করিগুম্বদা নিউক্লিয়ার লান থোক্লবদি পৃথিবীদা লৈরিবা থৱাই পানবা খুদিংমক ঈংমন্দুনা শিরগনি হায়না, পৃথিবীগী অফাওবা সাইন্টিষ্ট ৫০০ গী সভাদা মোৎ অমত্তা ওইনা হায়নখ্রে। নিউক্লিয়ারগী লাল হেক তৌবদা মতুগী রিএক্সননা পৃথিবী অসি নুমিৎ কয়ানি পুমমম মমগনি। নুমিৎকী মঙাল খজিকত্তু ঈংলোই, মতম অহুদা ঈংবনা মালেমগী লৈমায়দা লৈরিবা থৱাই পানবা কয়ামরুম তুম্না শিগনি। অতুগুম্বা মতম অহুদি নিউক্লিয়ারগী লান য়াওবা য়াদবগী ৱাফম নত্রে, পুম্নমক তুম্না মাংমিন্নবগী ৱাফম্নি।

হৌখিবা চহি ১০০ রোমগী মমাংদগী অমুক্তা থেংনাখাত্রবা থোদোক অমা, ১৯৮৩, দিসেম্বর তাং ১৭ তগী থংইং ঈংবা হৌখি। সাইন্টিষ্টশিংনা হায়রী আমেরিকাদা অসিগুম্না কৈদৌঙৈদস্ত ঈং-খিদ্রি, থোদোক অহুদা আমেরিকাগী মীওই ১৫০ শিখ্রে, অঈংবগী চাংদা জিরো দিগ্রিগী মখা (মাইনস) দিগ্রি ৩৯ ঈংখি হায়রী। বাশিংটন ফাওবদা মাইনস জিরো দিগ্রি ঈংখি হায়রি। মফম থরদদি ঈংমন্দুনা ঐ ফাওবা কমজিন্দুনা য়াম্না তমথিবা মওং ওইখি হায়রি। পৃথিবাগী হৱা-পানি অসি লেপ্পা লৈতনা খুদোংখিব,

মওংদা হোংলক্লি, কিনীংঙাই ওইবা, মহৌশাগী ঈশিং-মুংশিংকী মওংদা শাথিনা অহোংবা লাকপসি, নিউক্লিয়ারগী বোম কয়া চাংয়েং তৌ খবদগীনি হায়না, দিসেম্বর ৩০ মোস্কোগী পাউ অমনা মথা তাখি।

লৈবাক অমগা, লৈবাক অমগা উংখৎনরা, মীয়ুংশি লৈনরক্ত্রবা লুরবা তাঙ্গা অসিদা পৃথিবীগী লৈমায় অসিবু শান্তিগী লমদম অমা ওইহন্নবগীদমক, অথাকপা লৈতনা শান্তিগী লময়ানবা অমা ওইবীরম্বা, নিউক্লিয়ারগী তম্থিরবা খুৎলাইশিংবু করিগুম্বা কিবম অমত্তদস্ মিক্সিনগুমাস হাযবগী মতাংদা, পোলিটিকেল উইল অমা থম্নবগী অকনবা থৌদাং লৌরম্বা, ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর শ্রীমতি ইন্দীরা গান্ধীদি ভারতকী লৈমায়দগী চৎখ্রে, কিদমনিংঙাই ওইরবা মহাকী বাস্নীদি তাইবংপান অসিনা লৈরিমথে অতুম্মক লৈহৌরগনি।

## মণিপুরদা মন্ত্রকী সরকার

২ শুবা পৃথিবীগী লান্নাও লোইখ্রে, মণিপুর প্রজাস্ লৈতাথা পুন্সিদা খোং থাংজিল্লে। রাজনীতিগী অহোংবা অমদি কয়া ওইরক্লি নিংশিংবা য়াই ১৯৪৬ তা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস দল লিংখৎখ্রে। অহানবা ওইনা শ্রীরাজকুমার ভুবনসনা সিংহ প্রেসিডেন্ট। শ্রীখোই-মচা সিংহনা জেনেরেল সেক্রেটরী ওইখি। ভারতনা স্বরাজ কংগ্রিভেনগী হৌনা মণিপুর প্রজানা খুঙবা মীহুৎশিংনা শাসন তৌজনবগী দাবী অসিদি; মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা অতুম্মক তরুতুনা লাকথি। দাবী কয়াগা লোইননা ১৯৪৭ ওক্টোবর তাং ৬ কংগ্রেসনা অকনবা সত্যাগ্রহ আন্দোলন তৌখি আন্দোলন অদুগী লুচিংবদি—শ্রীএলাংবম তোম্পোক সিংহনি। কংগ্রেসকী অকনবা ঈহৌ অদুগী মতুং ইন্না শ্রীযুৎ বোধচন্দ্রনা মণিপুর প্রজাগী শাসন লাকপা য়ানবগী-দমক থৌরাং কয়াস্ লৌথংখি। প্রজাগী মীহুৎ খরগা নিংথৌনা নোমিনেট তৌবা খরগা কণষ্টিট্যুসন মেকিং কমিটি অমা শেমখি ১৯৪৭ মার্চ তাং ৭০ মণিপুর কোম্মুংগী দরবার হোলদা কমিটি অদুগী অহানবা মীফম হৌখি। বৃটিশ সরকারনা ভারত থাদোকপগী রাফম অমসু লাকখি মতাং অদুদা প্রজাগী মীহুৎনা শেম্বা ইন্টরিম

সরকার অমা লৈহল্লবা কংগ্রেসনা অকনবা থৌরাং পায়খৎখি। মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা আগষ্ট ১৫, ১৯৪৭ বৃটীশনা ভারত থাদোকপ্রবা তুংদা মণিপুরদস্থু লাংদাই সরকার অমা লৈখি।

শোক ১৮৯১ দগী ১৯৪৯ ফাওবগী মতাংদা থোকখিবা খরদং নিংশিংবা য়াই। ধর্ম্মগী মিংদা তম্পাকী মীওইশিং খরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎকদবনি, চন্দোন শেনখায়, পিয়ন চাকথা, পোৎথাংবেগার, য়ারেক সন্থি, তেরা পান্থীগী, মহলগী অসিনচিংবদা নক্তনা ব্রহ্মসভাগী কল্লবা অমাং-অশেংগী ৱাথোক। চল-সম্বন্ধি কৌবা আইন অমগী মখাদা লৌমীশিংনা নোংজ্রগী মতমদা পাত্তগী ঈশিংগা লৌবুক্কী ঈশিংগা শম্নে হায়বগীদমক লৌবুক্তা ঙা ফাবনচিংবা য়াদবা। অসিগুম্বা চৎনবী অসি নিংথৌগী চৈরাক কিবদগী লৌমী-শিন্মী মীচম কয়ানা অতুম্মক খাংখিবনি। মতম অদুগী হাকথেংনহৌবা অহল-লমন কয়াগী খোন্থাং অমস্থু তাবা ফংই, হিজম ইবাবতনা শোক ১৯২২ দা "মৈতৈ চনু" কৌবা ইহান-হানবা মণিপুরগী চেফোং অমা পুথোক্তুনা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমদা মীচম প্রজানা মনিংতম্না হিংজনবগী অকনবা খোল্লাও লাংবা হৌখি। লৌমী-শিন্মী লাইরবা প্রজাশিংস্থু হিংদবা য়াদে, ঐখোয়স্থু মীনি হায়বগী শক্তম উৎনবগীদমক্তা, মণিপুরগী মীয়ামগী মাংদা অচেৎপা খোংফমদা ইরাবতনা মাংজিন থারকখি।

মণিপুব কন্সটিট্যুসন এক্ট ১৯৪৭ গী মখাদা পাংথোকপা মণিপুরগী অহানবা এসেমব্লী ইলেক্সন ১৯৪৮ দা কৃষক সভাগী মীরেপ ওইনা উৎলৌ কেন্দ্রদগী ইরাবত ভোট কাখি। ১৯৪৮ হোজাইদা পাংথোকখিবা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ২ শুবা কনফরেন্সত শরুক য়াখি। চহিসিগী সেপ্টেম্বর ২১ দা পুর্ব্বাচল প্রদেশ (নোথ ইষ্ট ফ্রন্টিয়ার প্রোভিন্স) অমা শেম্নবগী ৱারেপ অসিগী মায়োক্তা ইরাবত মশামক্তা লুচিংতুনা এম, ডি, ইউ, হোলদা প্রতিবাদ সভা অমা ফমখি, প্রজা সঙ্ঘ, কৃষক সভানা শিনখিবনি। ইম্ফালগী অৱাং নোংপোক পুংদোংবম মাইকৈদগী লাকপা প্রজাশিংগা থুংথোক্নরকপদগী পুলিস ওঃ সিঃ কৈশাম নরান সিংহবু নোংমৈন পান্দুনা পুন্সি লোইখি। ১৯৪৯ গী জুলাই ১৩ দা ইরাবতপু ফাব

ভম্বা মীদা লুপা ১,০০০ মনা পীগনি হায়না সরকারনা লাউথোকখি। লমদম অসিগী চাওথোকচনিংঙাই ওইরবা, মীয়ামগীদমক্তা ৰংথোক-প্রবা শ্রীহিজম ইরাবোত মশাগী চহি ৫৫শুবদা বর্মাগী মলুংদা লৈবা তাংবো খুন্দা অরোইবা য়াহিপ তানখি।

মণিপুরনা ভারত্তা তিনশিনখিবা ঈনিংথৌ বোধচন্দ্রগী সনা হাক্তুনি, ভারতকী মিনিষ্ট্রি ওফ ষ্টেটকী এডভাইজর ভি, পি, মেননগা ১৯৪৯ সেপটেম্বর ২১ দা শিলোংদা ইনখিবা চেরোল-নচিংবা পুন্নমক মীয়াম্না নিংশিংনরী। ভারত্তা লৈরম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাক অয়াম্বা ভারত ডোমিনিয়ন্দা য়াওশিনপ্রবা মতুংদা, ১৯৫০, জানুয়ারী ২৬তা ভারতনা রিপব্লিক ওইরে হায়না লাউথোকখি। ভারতকী মমুংদা লৈবা ষ্টেট পুন্নমক পার্ট এ, বি, সি, হায়না তাক্কক অহুমথোক্লা থাইদোক্লপ্রে, শাসন তৌকস্থ হৌনপ্রে। চীফ কমিশনারনা শাসন তৌবা পার্ট সি ষ্টেটশিংগী মমুংদা মণিপুরস্থ অমা ওইপ্রে। কংগ্রেসনা প্রজাগী শাসন লৈননবা অকনবা থৌদাং কয়া লৌখি, ১৯৫৩, মে ৬ তা মণিপুরদা এডভাইজরী কাউন্সিল যম্বা হৌখি। এডভাইজরী কাউন্সিল অসিবু মীয়াম্না অপেনবদি ওইখিদে, প্রজাগী মীহুৎ খবদং চংহৌবা তঙাইফদে খন্দুনা, কংগ্রেসনস্থ এডভাইজরী কাউন্সিল লৌবা য়াখিবনি হায়না অচেৎপা মোৎ পিনরী।

চীং তমগী প্রজা পুম্নমক্না, মণিপুরবু মপুং ফাবা ষ্টেটহুড ফংনবগী অকনবা দাবী তৌখি। মণিপুরদা লৈবা পোলিটিকেল পার্টিদা নত্তনা ষ্টেট হুডকীদমক সাধারোল প্রজাস্থ য়াওনা আন্দো-লন তৌখি। মতমগী মতুংইন্না মণিপুরস্থ ষ্টেটহুড পিরগনি হায়না লাউথোক্লকখি, অসিগুম্বা তাঞ্জা অসি নিংশিংবা য়াই মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী থৌদাং চাওনা লৈখি। প্রজা কাংলুপ খরদগী অয়েৎপা থুগায়নিংবা কাংবুস্থ মশিং রাত্তনা চোংথোক্লরকখি, মণিপুরগী লম মচেৎ খরনা নাগালেণ্ডদা শিজিন্নবা হোংনখিবা পুন্নমক্তা থংনপ্রবনি। ভারত্তা লৈবা ষ্টেট পুন্নমক অসি অমুক হন্না শেমদোক শেমজিন তৌবা মতাং অমস্থ লৈপ্রে, অদুগুম্বা ষ্টেট রি-ওর্গেনাইজেসন কমিশন শেম্নকপগী মতাং অদুদা, মণিপুর

শোশ্যালিষ্ট পার্টিনা আসামগী নেতা থবগা, লৌতুনজুনা মণিপুরবু আসামদা পুনশিনবা অকনবা হোৎনৌ অমসুং লৈখ্রে। মণিপুর স্টেট কংগ্রেসনা স্টেট রি-অর্গেনাইজেসন কমিশনদা মণিপুরগী লম মচেং তাহনবা যাব্রোই, মশাগী শক্তম ডাক্ল থমগদবনি হায়বগী মওংদা, অকনবা ফিবেপ লৌখি। ১৯৫৪, এপ্রিল ২০ দা স্টেট রি-অর্গেনাইজেসন কমিসনদা কংগ্রেসনা পিখিবা মেমোরেণ্ডম অসিবু মযেক লানা লৈখ্রে।

সধারোল মীয়ামগী অচেৎপা ফিবমগী ১৯৭২ জানুয়ারী থা ২১ দা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর শ্রীমতী ইন্দিরা গান্ধীন, মণিপুরগী মপুং ফাবা রাজ্য অমা ওইবগী থোরম পাংথোক পরখি ও সদি মণিপুর ষ্টেটহুড য়াংলে (মপুং ফাবা রাজ্য ওইরে)।

---

# নেতাজীগী পাউজেল

( মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা )

মরূপ মপাং পূম্নমক !

ঙসি নিঙতম্লবা ব্রহ্মদেশকী পূন্ন চেল্লবা লৈবাক্তগী ঐগী থম্মোয়-হুংগী য়াইফ পাউজেল অদোমগী মফমদা হঙ্গৎহল্লিংই। ব্রহ্মদেশ ঙসিদি নিঙতম্লে ঐখোয়স্তু বারিগী নিঙ তম্লোই ? ভারতকী মপান্দা নিঙতম্লবা ভারতকী লান্মীশিং হায়বদি আজাদ হিন্দ ফৌজ হৌজিক লানগীদমক্তা শেম শাদুনা লৈরে। ঐখোয়গী ইচলশিংস্তু নোংমৈ পায়দুনা ড্রিল তম্লি। ঐখোয় থুনমক খোঙশাল্লগনি অমসুং খোঙ-শাল্লকপনা ভারতকী ঙমখৈদা থুংলরগনি। হৌজিক্তগী হৌনা ময়ামস্তু শেম-শাদুনা লৈবিরগদবনি, ঐখোয়না লাকপগা লোয়ন-লোয়ননা ভারতকী মযম পূম্নমক্তা লানহৌবগী মৈরীনা ব্রোং ব্রোং চাক্লগনি। ঙসি কৈশুমশঙদা লৈরিবা মরূপ-মপাং পূম্নমকী মফমদস্তু হায়বিয়ু মহুদি ঐখোয়গী ভাগ্যবিধাতা অদু হন্দক্তি পেনবীরনি থুনমক নিঙতম্বা ফংননবগীদমক অরোইবা লান হৌরগনি। হন্দক্তি ঐখোয়গী জয় ওইবা হায়বসি শুকশোই শোয়দ্রবনি। ঐখোয়গী অরোইবা লাল অসিদা নাহা অহল নুপী অঙাং খাক্তনা মী পূম্নমক য়াওশিনবিগদবনি। থোইদোক্লস্তু ইংবাভগী ফিরালগী মখাদা ঙসি লৈরিবশিং অসিবুস্তু ঐখোয়না থোইনা হেন্না পাম্মী। মতম য়াম্না লৈত্রে, ঐখোয় থুনা য়াঙনা থবক পূম্নমক থাদোক্লগা অরোইবা লান ঙাইদুনা লৈবা তাই। বাঙ্গলা লৈবাক্তা অরোইবা লান হৌরবদা ঈগী ঈচেল চেল্লগনি তৌইগুম্বসুং হিনিংঙাইদি লৈতে অদুনা ঐখোয় প্রায়শ্চিত তৌবা ভাবনি ঐখোয় ঐখোয়গী ঈনা। হন্দক্তি সনা লৈবাক ভারত নিঙতম্বা শুবশোয় শোয়ররোইদবনি। য়েংঙু নাংপোক থংবা অতিয়াদা মুমিৎকী মঙালস্তু য়ৈরক্লে।

ইনকেলাব জিন্দাবাদ আজাদ হিন্দ জিন্দাবাদ

সহি

শ্রীসুভাষচন্দ্রবসু

আগষ্ট ১৫, ১৯৪৩ ইং



তাম্র-পত্র ফংগ্রবা মীওইশিং।

ভারত সরকারগী হোম-ডিপার্টমেণ্টকী ওরডর নম্বর ৮।৩০।৭২ পি, ও, এল, আই, তাং ৭।১২।৭২ ইংগী য়াথং মতুংইন্না গান্ধী মেমোরিয়েল হোন্দা মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর শ্রীঅলিমুদ্দিননা চীফ গেষ্ট. শ্রীডাঃ এল, চন্দ্রমনিনা প্রীজজাইড তৌদুনা পাং-থোকখিবা, ভারতনা স্বাধিন ওইখিবগী ২৫শুবা চহিগী কুমওন পালনগা মরি লৈননা মণিপুরী ফ্রিদম ফাইটরশিংদা থৌনা ফবগী মনা ( Gallantry Award ) তাম্রা পত্রা ১৯৭২ ইং, জানুয়ারী তাং ৯ দা থৌনা ফরবা মীওইশিং অসিদা প্রধান মন্ত্রিগী মহুৎ শিন্দুনা য়েন্থোকখি।

১। শ্রীথোকচোম অঙৌ সিংহ, শিংজমৈ থোকচোম লৈকাই। ২। শ্রীপোৎশংবম তোমাল সিংহ, চীংঙামখা। ৩। ইরোম তোম্বী সিংহ, চীংঙা মখা। ৪। শ্রীশারুংবম ইবোহল সিংহ, শিংজমৈ মখা ময়েংবম লৈকাই। ৫। শ্রীলাইশ্রম কাহ্নাই সিংহ সেগা লম্বী। ৬। শ্রীএম, কোইরেং সিংহ, মোইরাং। ৭। শ্রীহেমাম নিলমনি সিংহ. মোইরাং। ৮। শ্রীমোইরাংথেম জাত্রা সিংহ, বিষ্ণুপুর। ৯। শ্রীমতি ওইনাম কন্যা দেবী, নম্বোল। ১০। শ্রীমুতুম অমুবা সিংহ, শগোলবন্দ। ১১। শ্রীলাইশ্রম ইবাবোত সিংহ, য়াহেংবম লৈকাই। ১২। শ্রীখুম্বোং জুগেশ্বর সিংহ, থাংমৈবন্দ। মীওইশিং অসি তাম্রা পত্রা ফংখ্রবা মীওই ওাক্তনি।

এ, আই, এফ, এফ, ও, অমসুং সাউট জোনোল ফ্রিদম ফাইটর ওর্গেনাইজেসনগী অথম্নবা, ভারতকী মফম কয়াদগী পুন্না মীওই ৩,৫০০ রোমগী অচৌবা মীফম অমা ১৯৮৩ ইং, সেপটেম্বর ১৮-১৯ দা মাদ্রাজদা পাংথোকপ্রে। ওল-ইন্দিয়া ফ্রিদম ফাইটর ওর্গেনাইজেসনগী প্রেসিডেণ্ট শ্রীশীল ভাদ্রা য়াজী (এক্স এম, পী,) না প্রীজজাইড তৌখি, আই, এন, এ, লাম্মী লিশিং ২,০০০মা গার্ড ওফ ওনার পিখি। ভারত পুম্নমকী ওইবা নিংতম লাম্মীশিংগী সংস্থান ( The National Council of the All India Freedom Fiter's Organisation) অমসুং খা-মোংচুপ হারমগী নিংতম লাম্মীশিং ( South-Zonal Freedom Fighter's ) অপুনবা মীফম অদু হোদোকপগী থৌরমদা ভারতকী রাষ্ট্রপতি

জানি জেইল সিংহনা নিংতম লান্মীশিংদা য়াইফ পাউজেল পিখি, লোইননা ৱারেপ ১৫ থকস্থু ৱারেপ তাখি। থৌরম অতুদা রাষ্ট্রপতিনা নিংতম লান্মীশিংদা আপিল তৌখি।

জাং কুচু খায়বা, কাংলুপ নাইবগী ৱাখল থাদোকপা, ফিরাল অমত্তগী মখাদা লৈতুনা গণতন্ত্রবু হেন্ন-কনখংহনবা, অতোপ্পনা ফিদম লৌনহনবস্থু ৱাস্ত্রপতিনা পামখি। আই, এন, এ, শিংবু গণতন্ত্র দিবস পালন্নচিংবা সরকারগী থৌরম কয়াদা, চাওথোক-চনিংঙাই ওইবা মফম পিগদবনি, লোইননা ফ্রিদম ফাইটবশিংনস্থু রাজ্য সরকার অমস্থুং কেন্দ্র সবকারগী যাইফ থৌরাং কয়াদা গণতন্ত্রগী চংনবী ঙাক্ল থৌনাগা লোইননা শৌগংকদবনি। ভারতকী নিংতম লানফমদা কংথোকপ্রবশিংদা তৌবিমল থংবা উত্তুনা, হিন্দু, মুসলিম, খৃষ্টাননচিংবগী শেংলবা লাইশংশিংদা মখোয়গীদমক য়াইফ লাইশোন তৌগদবনি। আই, এন, এ, শিংগী কংথোকপগী থৌনা নংলমত্রবদি লোইলম সাসন্দগী নাম্ভোকপগী তাঞ্জা লুখিদবা নত্তে।

রাষ্ট্রপতিনা ফোংদোকখি, ঙসি ঐনা রাস্ত্রপতি ওইতুনা মীয়ামগী থৌদাং লৌরিবা অসিমক হোৌখিবা নিংতম লানফমদা শরুক য়ারকপগী মহেনি। হিরম কয়াদা আই, এন, এ, শিংগী অচৌবা থৌদাং য়াওখি হায়বসি নিংশিংযম থোকই। ফিদম ফাইটরশিংদা ভারত সরকারনা তৌবিমল থংবা উত্তুনা থৌনাফবগী মনা ( Gallantry Award ) তাম্রা পত্রা পিখিবগীদমকস্থু রাষ্ট্র-পতিনা অপেনবা ফোংদোকখি। অচেৎপা থাজবগা লোইননা ৱাস্ত্রপতিনা মখা তাখি পৃথিবী শক্তিশিংনা ভারতকী গণতন্ত্রবু ইস্থুনবা হোৎনরক্লবস্থু মতু ওইথোক্লোই, শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধীনা মীচং চুংশিন্নদবা ঈহৌগী লুচিংবীনি হায়না শিংথাখি।

নিংশিং য়াই, লৈবাক অসিনা মীথা পোল্লিভৈদা শেংলবা ধর্ম্মগী লাইশংশিং, মসজিদ অমস্থুং চর্চশিং পুম্নমক মীথা পোল্লম্মী ঙসিদি নিংতয়ে, মুক্লবগী ৱাখল থাদোক্তুনা নিংতম লান্মীশিংনা কংথোক-খিবগুম, গণতন্ত্রগী নিয়ম ঙাক্লা পুম্নমক অমত্তা ওইবগী মুংশিমবা, অচুম্বা মায়কৈদা খুৎশম্নতুনা চংশিনমিন্নবা তঙাইফদ্রবনি হায়বসি নিংশিংফম থোকই।

---



১৯৮৩ ইং, সেপ্টেম্বর ১৮—১৯ দা মাদ্রাজদা ফমখিবা ওল ইণ্ডিয়া ফ্রিদম ফাইটরগী অচৌবা মীফম।

# ৯শুবা ব্রারেপ

( পঞ্জাবকী মরমদা মীফম অহূনা পনখি )

ইং কুমজ্ঞা ১৯৮৩, সেপটেম্বর তাং ১৮-১৯ দা মাদ্রাজদা কমখিবা নিংতম লান্মীশিংগী অচৌবা মীফম অহূনা, নাগরিক থুদিং-মকপু নিংশিংহনগনি, ভারত অপুনবা লৈবাক অমনি, লৈবাক অসিবু মচেং তাহনবা হায়বসি য়েলহৌভদগী লৈরক্লবা, ঐখোয়গী ফংফম থোকপা চংনবী অমসুং চাওখৎপগী মাইয়োক্তনি। ভারতকী প্রজা অমত্তনা লৈবাক মচেং মচেং থায়দোকপা পামদে, অশোক, আকবর, গান্ধী, নেহরু, মাউলানা আজাৎনচিংবণী মতমদগী অপুনবা শক্তম ওাক্লা লৈরক্লবা অমদি অচৌবা শহিদশিং নেতাজী স্নভাসচন্দ্র বোস, ভাগৎ সিংহ, চন্দ্র সেখর আজাৎ, আশফাকাল অমসুং অতৈ কয়ামরুমগী হাক্তংগী অপুনবা লৈবাক অমত্তগী থাখন্দা লৈরক্লবনি। অদুবু লোইলম সাসন পাম্বা থরনদি ভারত উপ-মহাদেশ অসিবু মচেং মচেং থোক্লা কায়হনবা পাম্মী।

শাথিরবা মওংদা লৈবাক অসিনা মচেং মচেং তানা কায়খিবা অমসুং মতুগী চৈনাখোল অদু ঐখোয় খুদিংমক্লা থেংনরবা ব্রাফম্মি। শিখ নেসন খিওরি অসিসু লোইলম সাসন পাম্বা কাংবুনা নাকোইননা শোগৎতুনা খালিস্থান হায়বা ব্রাফম অসি মতুদগী ওইরক্লিবনি।

পঞ্জাবকী মীওই হায়বদি মমা লৈবাক্টদমক লোইলম সাসন পাম্বা ইংরেজগী মায়য়োক্তা অমত্তা ওইরা থাখল অমদি থৌনা ফবগা লোইননা লান্থেংনখিবা মীওই অমত্তনা পঞ্জাবপু অমুক হন্না খায়দোকপা পায়রোই। ঐখোয় পুম্নমক্লা পঞ্জাবকী মরৈবাক নিংলবা মীওই খুদিংমক্তা, মান্নবা ধর্ম্মগী মিংদা অমদি তোংভান্না তানিংবগী ইরাংবু মাইথিবা পীনবা হায়জরী।

নিংতম লাম্মী ঐখোয়না অমুক নোহৌননা অপুনবা শক্তম অসি ওাক্তুনা থম্নবা হায়জরী মরমদি ঐখোয়গী ঈদি লৈবাক অসিগী অশেংবা ঈশিং সুংশিত্তগী ওইখিবা ঈনি, ঐখোয়গী তোংশানা লৈবাক অসিগী লৈশা ওইগ্রিবনি মরম অহূনা ধর্ম্মগী মিংদা লৈবাক অসিবু মচেং তাহনবা য়ারোই। ঐখোয়না ভারত সরকারদা হায়জনিংই। ধর্ম্মগী সংস্থানশ্বা [illegible] মিংয়েং চংলোইদবনি। গুরুদ্বারবু মীহাৎ [illegible] বনি অহূদতা ধর্ম্মগী মফমসি [illegible] মফম অমা ওইনা থম্বা [illegible] লোইরবা।

MANIPUR UNIVERSITY LIBRARY
ACC. 41771